# ডাঙ্গৌয়-পরেং

শ্রীমীনকেতন সিংহ

লাইরিক্কী মশা অহংবগীনি ]          [ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদাম, ইম্ফাই ।

ফোঙবা :
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি
ইম্ফাল।



খূৎনম অহানবা, ১৮৭১ শকাব্দ
,, অনীশুবা, ১৮৭৪ শকাব্দ
,, অহুমশুবা, ১৯০২ শকাব্দ



[ মমল : লুপা: ৫.০০

ছাপা নম্বা :
ভাগ্যবতি কার্য্যালয়, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং রাক্স,
ইম্ফাল

# হামাঙ ওইনা

প্রোঃ মীনকেতন সিংহগী "ভাঙ্গেয় পরেং" চহী কুম্ভাগী মতাংদা কোঙখ্রবনি। অইবগী খুৎত মণিপুরী রারেংগী যাওন্দা অরি অনৌগী লাদাই ওইনা উরি। অমবোমদা প্রোঃ মীনকেতন, মণিপুর সাহিত্যগী লময়ানবশিং চাওবা, কমল, অঙাংহলগী ওমথংদা লাকপা মীশাক্নি। মতক্কী অহানবা খংশেমশিংগী মনুংদা "ভাঙ্গেয় পরেং" অমসুং "রামায়ণগী রারী খরা" হায়না অমসুং লৈনগী ফজবা অনিক তিনবনি হায়বা য়াই। "ভাঙ্গেয় পরেং" দ. য়াওরিবা রারী মতা অসি ঐতিহাসিক ওইবা মওংদা লোইনা যেংদুনিঙই ওইদমাক্লে থক্লি। মক ওইনা অইবগী "দ্রামাতিক নেরেটিভ" মসিদা য়াওরিবা চুনবা পাঙ্গল লৈবা রাইহ. পবীং চুম্বা রারী অমসুং মশক নাইবা শক্তম শেম্বা ঙম্বসিনি। মসিগী মথক্তা, রারী খুদিংগী মতম মতমদুগী এটমোসফিয়র অমা কজনা শেম্বা ঙম্লি। মরম অদুনা রারীশিংসি অমুক পাক্নবদা ইনৌ নৌনা উরি।

একাদমিনা মণিপুরগী লময়ানবা অইবশিংগী খুৎশেম অমুক হন্না নম্বগী থবক পায়খৎলকপদা মসি অহানবনি। মতুংদা অতোপ্পা মশক নাইবশিংগী লাইরিক পায়খৎনবা থৌরাং তৌজরি।

শ্রীসিএইচ মণিহার সিংহ
সেক্রেটরী,
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী।

ইম্ফাল,
১৬।৬।৮০ ইং

# করি করি য়াওরি ?


| | | |
|---|---|---|
| ১। | পুনম চীং ... ... ... | ১ বা লামায় |
| ২। | পোৎশংবম খোংনাং ... ... .. | ১৯ শুবা „ |
| ৩। | ঙাঙোম ফুরা ... ... ... | ৪৪ „ „ |
| ৪। | খোংনাং হোগায়বী ... ... ... | ৬০ „ „ |
| ৫। | অন্দ্রোগী মৈ ... ... ... | ৭১ „ „ |
| ৬। | মরোল ... ... ... | ৯২ „ „ |

# নমা ঐনি মৈতৈলোল

ঐগী থম্মোইগী থম্মোই-মুংদা লোল অমা থূপতুনা লৈ ;
মাগী মরোন্দদা ঐ' থম্মোইগী অসুবা মরোন্নি,
মাগী শৈরেংদনা ঐ' থম্মোইগী অয়োবা শৈরেংনি,
মাগী শৈশক্তনা ঐ' থম্মোইগী অথেংবা শৈশক্নি,
মাগী শৈদাদনা ঐ' থম্মোইগী অপানবা শৈদানি।

ঐগী অরা-মুঙাইগী মবেল মঙোন্দদা মুনা লৈ ;
ঐগী র'র' থম্মোইগী আঃ উঃ থংনা কোঙিঙ মাদনা,
ঐগী মুংঙাই' থম্মোইগী হা হা যোনা নোকই মাদনা,
মুংশি-মুংঙোল থম্মোইগী 'তারোই শেংনা কৌই মাদনা,
নিপা-থোকপা থম্মোইগী ঐদে তেংনা চিংঙি মাদনা।

হাযনৈ মানা শক্নখি তেংবানগী অহানবা য়াকাইরোল,
লৈশিন লৈহোই লোইবী-পল্লোন্নুংসিদা মাগী খোল্লোল।
কাজহৌই মীরক্তা মৈতৈগী অশেংবশিংদনা,
পঞ্জহৌই শৈইন্দা মৈতৈগী চৈজিং-পেনাদনা,
তমজহৌই চেক্লোন্দা তাম্না-হারি পিথাদোইদনা।

শৈরোল অমনীদং শক্মিরা অরা-মুংঙাই খন্না লেং,
কুম্নাং মশীং থাঙমদে শৈদমলুরে বঙ্গ কীজি য়াল,
শৈতাল্লুরে 'বধীদা, চঙজরুরে সংস্কৃত, মৈথিলী ;
অঙকপনি মখোয়শিংদো মতিক থাঙমদে কনানা ;
'হুবু ঐগী থম্মোইগী মরোন্দদি কোঙঙমদ্রে মুনা।

নীংথুংত্রবা পুন্সিদা থেঙলবা অহিংগী তাংলোঁদা,
মরোল অমা থোক্লক্লে—থম্মোই মানা পেন্না ঙংজরে ;
শৈরেং ইমা হল্লক্লে—থম্মোই মানা পেন্না শকচরে :
শৈহেক অমা কাওরক্লে—থম্মোই মানা পেন্না হেকচরে ;
ঐ' শৈদা শৈশক শৈরোল পাল্লে থম্মে ই মানা পেন্নরে।

খোল্লাল অমা ওইরমদরে, শৈরেং অমা নংলমদরে,
মৈতৈরোন্নি ইমাম্লোল, মৈতৈ ঐগী মুংশিবী ইরোল,
সুরবা মরোল, মিরবা খোঞ্জেল, মুংশিরবা শৈরোল—
হায়রকই "**মৈতৈ নঙমা ঐগীনি, ঐদনা নঙগীনি**"
অহানবা "ইমা লৈ" কোনখিবা **মমা ঐনি মৈতৈলোল**!

**শ্রীমীনকেতন সিংহ**
ইম্ফা থানিল, ইবাই তাং ১০-১০ ৪৯ ইং

---

# পুনমচীং

পুনমচীং চীং মচা অমনি। ভুরেল অচৌবগী তোর্বাল মফম অমদনি। মহাক অসি কয়া লিরবা কনাশু হায়বা ঙমদে; ঙম্লকমস্থু থোক্তে। অত্থদা অসিগী মখেদদি মথঙনৈ, মহাক অসি চহী লীশীং অনীগী মমাঙদা মৈত্রবাকসিদা কংলৈ সনাপুংঙয়োল হায়না ফাওরিবে, কংলৈ মাগী অতিয়া মকোয়দা থোকাখিবা কোয়ৌ অঙানবা কয়া কয়াগা চেংলৌ শকথঙনরক্লবা চীংনি।

থঙনরিবা মতম অসিমকী মন্নুংদা চীংলোন কয়া তেমগ্রে, পাংলোল কয়া ফুনগ্রে, ভুরেল কয়া লৈচনগ্রে, উমং কয়া কোকগ্রে মতম্না। মাদি হায় হাল্লগী মতমগুম অস্থুম মরৈয়ে, মরৈরি। অত্থুদি মতম, মাগী মফমদদি খুধীয়ত্রা? নত্তে, মতম্বু কনাগী মফমদা খুথীক্লগদগে।

মতমগী মিংয়েং অসদা পোৎলম চামা চামা পোকই, মিংদৈ অমদা চামা চামা মাঙ্ডি। অচুদি ঈথিল অমনা কোঙ্গোল চামা থা, ঈহল অমনা কোঙ্গোল চামা য়োং ঈচেন্না শান্নবগুম মতম মানা পংশান শান্নব্রা! নত্তে, মাগী মাগী থৌগাই লৈচুনা মতম্না মথোয়বু পুশিল্লকপনি; মহাক মহাক্কী থৌদাং লোইচুনা মানা অমুক, মথোয়বু পুথোকখিবদনি। মথৌ তেনবা কাঙবুনা থুনা মাঙ্ডি, মথৌ শাংবা কাঙলুপনা কুইনা মতম ঈরোয়নৈ। পুনমচীং মথৌ-শাংব-শিংগী পশ্নিদা লৈ। অচুনা মতম্না মাগী কাদা খুগ্নীবগুম তৌবনি।

চীং অসি চীংজম নত্তে; মাসি তাইবং মালংপানগী লমজুম-নুং-নি। মাগী মিংথৈ অসি রারক-লাইরিক-নি। মানা মাগী থোন্নাইদবা মরোম্না অচৎ-অথোক পুম্বদা মীপুম খুদিং তিংনা মাগী মিংথৈরোল লী।

১

য়াংহনবা, য়াংখুবা মচীল-মনাওনি। মৌবানাসি কংলৈ সনাপুংগী নিংথৌনা পোকপনি, মমা অমতগী খোয়জি-নাপ্প-য়াল শাংপনি। য়াংহনবনা অহন-নি; যাংখুবনা অতোম্ব-নি। ময়াম্বনা মনাওদগী কোয়ৌ মশীং ফনা য়ান্না হান্না উই।

ময়াম্বা অসি ঐঃ হায়বা রাখল্লা মাঙওইনা লম্ফে-চৎপা মীওংনি। মানা মনাও অসি লৈরবদি ফম্বাল রারৈ চেল্লবা য়াই নীং মনাও অসি লোইশিনগে থল্লে। মপা নিংথৌ মমা লৈমা লৈরিবনিনা অক্ষোংরমদদি য়ারোইদোরে হায়বা মানা উরে। অচুনা অমম্বা লম্বী অমা য়েংলক্লে।

মতম অসিদা কংলা-মাঙদা ফৌরুংবা অমা হৌই। উপাল অসি চাউই, নোংদোল খেৎ-খেৎনা ৱাংঙি। উজাউ অসিগী তোন্দা কাকয়েল অমা মহুম শাই। মহাক অসি লাঙ্গয়োইবা উচেকনি। অমিংনা কাকয়েল-মীঙম্বা কৌই। মাদি মতম অহুম উই, লৈবাক-নিংথৌ-শেনবা উচেক নি। মহাকনা নিংথৌ মরাই তাগনি, লৈবাক মরাই তাগনি, শগোল শামু মরাই তাগনি হায়বা তাকই। করি তৌৱে হায়রগা লৈবাক্কা লৈহোঙ-লৈচাওনা পানগনি অদুসু মহাক্কা হেক হেক্তা মতাকই।

য়াংহনবনা মনাও অসি উচেক অসিদা লঙহন্দুনা হাৎহল্লগে নীংলে। মানা নোংমা তাঙ্গা অচাবদা মনাও য়েংহুনা হায়রকই।

য়াংহনবা—ইশানৌ য়াংখুবা খোমৈ-থকপা নঙবু তাৱা?

য়াংখুবা—ইশাবী! করি কোলোয়বীনীংবা তাকপীবা য়াগনি।

য়াংহনবা—চৎলু অতোন! ফৌরুংবা কাহুনা কাকয়েল মীঙম্বগী মরম লোকলুচো, ইচীল ইনাও চাসি। শিদয়াই নাদয়াই হায়বহু অসিনি। অসি চারবদি ইচীল ইনাও শিগু শিরৱোই, নাগু নংবরৱোই, পুক্নি মুংশাংনা লৈবাক পুহুনা পাল্লগদৌবনি।

য়াংখুবা—করি ৱানগে ইশাবী? অসিদি লঙইহদবা উচেকনি। মঙোন্দা লঙঙুরবদি কংলৈ সনাপুংসিদি মিৎনা কুপ্প-মদা থ্যাউ মাঙ্গদৌবনি।

য়াংহনবা—ইশানৌ, নঙ য়োল্লে। নঙ ঐগী ঈ মখাক্কা পোকপনি। নঙ্গী নফমদাদ ঐগী য়াথংদি কোৱৌ নোংদা কাফদে, মালেম লৈদঙু তাফদে, তাঙজ লুওক্লগদবনি।

য়াংখুবা, পারম পুরমচংনা পুনবনা উপাল মথক্তা কাথ্রে, কাকয়েল মীওম্বা মক্সম মারুয়ে। কৌক্ৰ লাইখা-দা মচীঙ্গাক তারিবা কাকয়েল্লা তৌরিবহু উয়ে, শাগল তুকাং খপত্নুনা পাইরক্লে, অমুক অনিরক্তং খল্লদা য়ৌরক্লে। অকায়রম কৌবা চত্তবা লাইগুম্বা উচেক নি। মানা য়াংখুবা য়েংহুনা হায়রকই।

কাকয়েল—ইপা! কয়িম্নুংগী ঐগী ইশাইগোল লম্লাল্লম্মিবা?

য়াংখুবা অহু তাবদা কিবনা থক-থক নীক্লহুনা খুম্নকই।

য়াংখুবা—ইয়াম্বগী য়াথং লুদা থোং ঐনা নঙ্গী নশাইগোল লম্লাল্লুয়ে। ঐগী ইবুকথোক্লমক্তি নত্তে। অহুবু ঐনা য়োলল্লুবা হায়বহু মথোক্লবনিনা নঙনা তৌগে হায়ব-মা তৌবীয়ো।

কাকয়েল—মীওম্বা মুংদাহুনা য়েংলে, খওলে, হায়রকই।

কাকয়েল—চুম্মি, নঙনা য়োনগে য়োনবা নত্তে। নয়াম্বনা তৌদকদে ঊঙ্গিনবনি। য়াম্বগী য়াথং নাউনা পুবদি পারম পুরমচংনি, কায়ফদে.........। সে সে ঐ রা হায়গে, তাও ইপা! নয়াম্বসি ঐঃনা মাঙওইনয়ে, লম্ফে চংলে, নঙ্গী নথয়াই লোওঙুপ তানগে লেপ্লবনি। নমা নৈমা নপা নিংথৌ নৈরিবনিনা অফোংরমদদি য়াররোই, অরোল্লমদা য়েংগে নীং নওবু ঐনা হাংনবা থাব্রকপনি। নও হৈয়ু.......। অহুপা নওনদি লওঙুফদে, নশা হিংনবদা ময়েংঙু, লাইগী রায়েল লাকনি........নমায় শোয়দনা পাকনি। চংলো চংলো ইপা!

য়াংখুবা মনিংশা হোঙরে, তন্না কূম্লক্লে। ময়াম্বদা মন্নম অমত্তা লৈরমত্রে হয়েং অমুক য়েংসি হায়ত্নুনা করি খঙদবা শা নুংঙাইতবা অমত্তা উত্তা লৈরে।

মনাওনা কাকরেন্দা শিরকত্রবদা য়াংহনবনা খল্লকই, "মাবু কাক- রেন্নদি হাৎলকত্রে। চৌজিক্তি ঐনা করি করম মাবু হাৎসিগে!" ভূম্বা হীপ্পা ফাওবা মঙোন্দা চঙত্রে। মমৈদা রাখল অমা লাক্লে। য়াংহনবনা মনাও য়েংত্নুনা হায়রকই।

য়াংহনবা—ইশানৌ! পম্মৌ অহল মতম ওইরক্লে। মাগী কূরেল অমত্তং চন্সি, হয়েং ইনীং থুংদবা য়াই।

য়াংখুবা—ফৈ কৈদৌগে ইশাবী! মাত্নুদি য়াম্না ফবা রানি।

মচীন মনাও অনীনা শীংজং খুত্তা পায়, পামেন উজাউ অমা য়াল্লে, কূরেল অমা চল্লে। কূ চনবা লোইরবদা ময়াম্বনা মনাও কূচল্লগে নীং, মাবু য়েংত্নুনা হায়রকই।

য়াংহনবা—ইশানৌ! রাবমখৈ রানা চল্লগা হয়েং পম্মৌ শারেপ চায়মদা নুংঙাইরোই। নঙ অমুক্তা মন্নুংদা হিপপু য়েংসি।

ময়াম্বনা মাবু কূমায় তূত্নুনা হাৎকে নীংলে হায়রবা উরত্নুনা য়াংখু- বনা খুম্লকই।

য়াংখুবা—ইশাবী! ঐদি অঙাং মতম ওইবনিনা পম্মৌ মাগী শরেপ কংত্রি; ঐনা হিপ্পনদি অরেপ্পা খঙলোই। নঙদি পম্মৌ শামাম্নরে, নঙনা হীপ্পবদি নীংথিনা খঙবা হেক্তা ওম্লনি। নঙত্নুম অমুক্তং হিপপু য়েংসি।

য়াংহনবা মচীন্না পুৎথরুবনা মশাগী লাংদা থুজরে, হীপ্পা তারে. হিপ্লে। তাঞ্জা অসিদা য়াংখুবনা কুমায় থোক হাপচিল, হুই তম্বা থাজিল হায়রকই।

য়াংখুবা—ইশাবী! নঙ ন্নারোবা য়াদে। নঙ্গী নবুক অসি শেংঙোই-দৌরে। নহাকথংদগী শাটে মুৎলগদৌরি, কাকয়েল মীওম্বনা তাক্লকতুনা ঐ নহান্না খঙলবনি। অদুবু ঐসে নঙগী ঈ মখাক্লা পোকপনি, ঐনা নঙবু মুংশিদবা ঙমমুদে। নঙ্গী নবুক অসি ফরক্কত্রা থনববু ফংলক্তবদা মথংলে। নঙ্গী নরাল নপোৎ ফারে। ঙসি হায়বা নোংসিদি নঙ্গী নরাইবক্লা পুবা মফমদা চৎতুনা পাললূরো, কংলৈসিদদি লৈফদে।

অসি হায়না হায়না য়াংখুবা কূরেল অদু থোঙ্গৎতুনা মিন্নুথোং তান্না পুরে। থোং য়োরবদা মানা কূ অদু তপ্পা ঈশিংদা ঈস্থরক্লে।

য়াংহনবা শিবগা চঙবগা শিবনা নক্লে হায়বা উরে। মনাঙ্গা লান্মনবনা লাইগী ন্নায়েল লাকপনি খল মনাগুবু শাউরুদ্রে। মতম থরদং হিংজিঙৈদা মাগী অরোইবা পূংফম অঙায়নদনবা. থরদং পোৎথা লেন্নবা লম্বীত্নম মানা য়েংজরক্লে। মানা মনাও কৌহুনা হায়জরকই।

য়াংহনবা—ইশানৌ! নঙবু তাত্রা? ঐ নঙোন্দা য়ান্না য়োনগ্রে। নঙ্গী নরাল অমতা লৈতে। নঙনা ঐবু থারিবা মওং অসিদি ঐগী ইরমচৎকী অচাবনিনা শিবগা চঙবগা অনীদা শিবনা নম্লপ লৈরে। শিবা অঙায়নবদি ন্নারগনি। ইয়াম্বগী পুন্স অসি শৈখম্নরগে। ঐগী মোলাং মখাদা তৌত্রি লৈহৌবতুদদি পীরকউ।

য়াংখুবা কূ অত্থু চিংখৎলে; মরান মায়গৈ তম ময়াম্বগী তৌদ্রি লৌরুরে, চয়োম খরগু য়াওরক্রে। চয়োম তৌদ্রি পীনা পীনা ময়াম্বদা হায়জরকই।

য়াংখুবা—ইশাবী! নঙনা কংলৈ মপু ওই ঐনা নমঙা ওই পাল্লবদি য়েরুবা ঈশিং চঙবা ঙম্লোইদৌবনি। অত্থুবু নঙনদি মহূ পুবা লিল ওইরবনিনা পারম পুরম মুৎপা তারে নঙবু থাদোক্রবনি, ব্রাহ্মোগনু। নঙগী তৌদ্রি অসি লৈরে। অত্থুগা চয়োম অসিনা নঙ্গী পনথুং য়ৌদ্রিমথৈ চরা নোংখন্নৌ। নঙ্গী নরাইবক্রা চিংবলম খোঙলৈ থুনা পন্থুংনা পোথারু। খয়ুম মানা কুবিবা ওইসনু।

অসি হায়রগা কূরেল অত্থু তুবেল ময়ায় তান্না ঈম্বোরক্রে। য়াংহনবা ঈচেল ঈরোয়ননা তাউথরক্রে।

ময়াম্বনা তাউথখিবা উরবদা য়াংখুবা নুংঙাইরকত্রে। কূরেল চিংনা অমুক য়েং তুরেল অমুক মুন্না য়েং হায়রকই।

য়াংখুবা—ঈথুং খোংলৈ কন্দানবী লাইজা তুরেল অচৌবা! তাউথরিবা কূরেলসে লাইজা নঙ্গী ঈরোননুংদা চনফদে। কংলৈ সনাপুংমাবগী অহানবা সনা-লীকথাং ওইনঙাই য়াওরিবনি, লীক্লাং-লীক্লোইফদে। লাইজা নঙনা নম্বোনা মাগী পন্থুং য়ৌনবা থিললুকো......। লমকৈ চৎপা তাঈবং! নঙনদি অসি খঙদেদো......। কপ্লক্রে য়াংখুবা।

২

য়াংহনবা মবুক্নীং মুংশিনা তৌদ্রি খোংনা অমুম অমুম তাউখরক্নে। তোরৈ অমদগী তোরৈ অমা লান, পুংগোয় অমদগী পুংগোয় অমা কা অমুম অমুম লাকপনা কোক্নৌ মানা মম নোংজা মানা শিল নোংনা ভানফুং ভানফুং তৌবরাই নোংপোক-চেনবা খুগাগা মৈরম চেনবা উত্তামেনগা খারম চেনবা তুরেল অচৌবগা চীল্লোক্নকম ঈথায়রাকপনা য়াতাকম, ইথায় ঈরেল ঈহন্নাইবদা থুংভুয়ে, ঈহল ঈরায়ননা লৈশিল লৈশিল তাউরক্নে। অয়াম্বা খোয়াংবনা চোকথরবা মচীন্দগী কামখোরকপা হাপপোইনরবা মনিংশা, পত্তথরবা খুদোলগী খুৎহৎ—অনীগী মতৎনরবা তৌদ্রিখোল য়াংহনবগী অরাবা মপাউখোলবু ইনুংগী মালংদা অহিরনা পাওদয়ক্নে।

তাঞ্জা অসিদা ঈথায়-কায়রেম্বগী মচা হৈয়ায়নু লাইজা ঈপাল লোকে খোরকখি। তৌদ্রিখোল অচু তাবদা কোয়েং কোয়েং য়েংহুনা মুজা পাইমা মুংদা রাখল তৌরকই, "খয়ুম কনাগুম্বনা থৌগ্রেম্নরা!" মমৈখংদা কুরেল অমনা ঈচেন্দা লৈশিন লৈশিন্না তাউহুনা লৈবহু উরক্নে, তৌদ্রিখোল অচুমু অচুদগীনি হায়বা মানা খঙলক্নে। অহানবদা "কয়িনো!" খঙ্গানৈ মমৈদা মবুক ফাকা ওয়কত্রে, লাইজা ঈরোয়ংদা চোংখত্রে মুজাদো। কুরেল ওয়না কোন, য়েংনা লাঈজা ঈহোংনা হৈয়ায়নু কংকান্দা কাখৎলক্নে। কংকাল কাখৎলগা মহাক্না কুমুংদা য়েংলহুনা পাউহংলকই।

হৈয়াইনু—কুরেল য়াহিপ্নিবা নওবু কনানো? কয়িমুংগী……।

মীখোল তারবদা য়াংহনবা পুক্নীং খিত্তং লুমজরে, কুম্নুংদগী ৷ য়রকই।

য়াংহনবা—কনা ওইরিগবা নহাকপো ? মুংশি নপাউখোল তাবদি মুজা চীঙ্গোয় পাউমাল্লি। কোম্না পাউশিন্নসিনে কুমারদদি হাংবি-খোগবা।

অদু তারবদা হৈয়ায়মু ময়ান তম্না চেনখ্রে। মিকুপ-মদা থাংলেল খুত্তা পায় খোংলৈ কামজাউ হুল চেল্লক্লে। কুমায় ভন্না কক্লক্লে। কুমার থক হাংলকপন্নাই পাখং লৈশাবী অনীতুগী মিং মারিত্থু চান্নরে, ঙহাক মুংবংনরে করি খোক্লগবা!

হৈয়ায়মু ঙকপনা খম খেংলে। মুংশি-মুংঙোল্লবা খোনকন্না য়াংহনবা য়েংতুনা হায়রকই।

হৈয়ায়মু —ইবুং মানবা নঙবু কনানো ? করিনুংগী·········।

য়াংহনবা—ইচন মানবী! কোলোয় ঐগী য়াংহনবা কৌই। ইপানা ঐগী কংলৈপুংগী মপুনি। ঐনা ইনাওদা য়োললুবনা অরাকম অসি পুরুবনি। নঙনা ঐবু কনবিক্লে। ঐনা নঙ্গী করি······

হৈয়ায়মু মাগী থম্মোই মুংদা নোংথাং অমা থকয়েনা চীনবান নোকফেং তৌতুনা হায়রকই।

হৈয়ায়মু—অতৈ করি পীবীগে হায়বদি খঙজদ্রে। ঐগীদি ফংজরিভৈদা অখুনবসিদা পায়শিঞ্জহৌরপা লোইরে·········।

য়াংহনবা, করি হায়রুনি, মুংঙাইহনা কোক্লেনা মালেম লৈমায়থক্তা হায়থরক্লে। হৈয়ায়মুনা থাদা কোল মাবু লায়কম্নরক্লে। ঙহাক অস্নুম রাম্মকরগা মহাক মমিত্তি তপ্না তপ্না পাঙলক্লে, অদুবু মংলা তাইবংলা অদুদি খোংগুল তাবা ঙমদ্রি। খোংগুল খরা তাররুবদা অওইব্রা হংজগে নীংঙুবা পাউহংজবা ঙমখিদ্রে। মমিৎ তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈরক্লে লাইবক থীবা হায়গদ্রা কবা হায়গদ্রা খঙদ্রবা নংথোমচাদো।

হৈয়ায়মু অদু উম্নবদা খঙলে, মুংশি-মেঙলবা খোনফম্না হায়রকই।

হৈয়ায়মু—করি পায়মা মুংশোই নাইবগে! মাঞ্জা হায়না রাহৌগে।
মঞ্জা নঙবু মুংশিবা! ননাও ঐগী দমক্তা থয়ুম মাগী নোংদম্না নশানৌ থংনবা শম্লাং খুরৌনা পুগোয় খরা অরাফম পুরুবতনি।
চঙলসি ………

য়াংহনবা মতম অসিদা করি পাউখুম্নিঙাই লৈ! মুঙাইহনা মুংবংনদুনা মচীন-মরৈ ফাওবনি। মশ'নৌগী হৈয়ায়মুগী হৈনা তুংইম্না ঈথায় কায়-রেম্বগী কোনুং তমখ্রে।

৩

হৈয়ায়মু মশাবীবু মপা-নিংথৌ কৈজাউম্নংদা লোৎ-থম্না লৈরাং লোঞ্জিনমিন্না হৈরাং লোঞ্জামিন্না লৈরক্লে। কোরৌ শীংবুম য়াম্নক্লে, লোইদাম থাবুম ফারক্লে, চহী কুম্নাং তাল্লকদৌরে। পামু মুংশি অনীনা তাউজিং লোঞ্জামিন্নঙাই হৈরাং হৈরু পনখ্রে; খোয়জি মিহুন লাংখ্রে।

মুজা চেংলৌ শকওল্লক্লে ! কায়রেম্বা পায়মা মুংশোই নাইরক্লে ; মচা য়েংহুনা হায়রকই ।

কায়রেম্বা—লাংলেন নওবু ! ইপানা চেংলৌ শকম ওন্না উই । পায়মা মুংজেংবা করি লৈ । অয়ো পানবনা করি লৈ ? ইপাদা কোলোয় পাউশেংঙু ।

হৈয়ায়মু করি খুমলু'নি, করিগুম্বা অমত্তা খুম্বা লৈখিদ্রে । কায়রেম্বা চি'নবা অস্তম হেল্লক্লে, কূপ্পা য়েংশিল্লক্লে, তাউজিং লোঞ্জানা খোয়জি মিন্থন লাংবনি খওলে, শাউরক্লে । "কায়রেম্বা ঐগুম্বগী ইচাবু হৈরাং লোঞ্জামিন্ননি, লৈরাং লোঞ্জিনমিন্ননি খল্লিবা কনানো থঙ্গনিদো" ঙংলক্লে মথন্তা কায়রেম্বা ।

অচেৎ-অকোম মিকুপ-নাহুম কূপ্পা য়েংবা হৌরক্লে কায়রেম্বা । মাগী মচান্নুপীনা কৈরম তোয়না পাংবা উরক্লে । নোংমাকৌবা নোং মুংথিল তাল্লক ওইবদা হৈয়ায়মু মশাবীগী তরা চয়োমলোন্না য়োম কৈরম পাংনা উরে । কায়রেম্বনা খুৎসু থাও তনবায় পায়হুনা নাসোল পীক্লপ্পা তুংইন্নরক্লে ।

য়াংহনবা মশানৌ চেংলৌ উবদা হরাউ-মোমোন নোকচহুনা হেক থোরকপা, মুংশি কোলোয়নগে, মচীন্দা লেঙ্গে হেক তৌজরকপা অহু-মত্তুদা কায়রেম্ববা মখূত্তা থাও পায়হুনা কৈম্মুং তম্না হুপ্তিল্লক্লে । মাগী শউম ফংবদা য়াংহনবা পয়া মীপোৎ অমগী মরুমদা ছৎ হেক লৈশিল থুপপ্রে । কায়রেম্বনা মাদি উহৌবা মচারোমদা য়েংওকপদা চয়োম খুত্তা

পায়রুনা পায়মা সুংথুরুনা লেপ্পরু উরে, শাউরে। শাউনা, মমিৎ ঈ কানা মচাসুপী য়েংহুনা ঙংহুনা হায়রকই কায়রেম্বা।

কায়রেম্বা—হায় শারমথোক! কনাগী চয়োম্লো 'হুদি?
হৈয়ায়সু কিবনা থক-থক নীরুহুনা খুমজরকই।

হৈয়ায়সু—পম্থো! কনাগীবু ওইগদগে? ঐনা তরা চরাম্ররহুনা চাকরায়জগে তৌজবনি।

কায়রেম্বা—নিংথৌ ঐগী ইচানা কৈনুং নজবদি চাকরায়কম লৈত্রে? কৈ, নঙনা ঐবু নমহুনা তাউজিং লোপ্পামিন্নরিবা নিপাদো ঐগী খুত্তা শোয়দ্রবনি। য়েংঙু, ঐনা মাবু হেক ফংবা সুমিত্তা ঐগী থাঙয়াই অসিনা মাগী মঙক অদো তুবৎ ককদবনি।

অসি হায়না হায়না মাগী থাঙ অহু হেক হাইবদা য়াংহনবা থুপ্লিবা পয়া মীপোৎ অহু তুবৎ হেক কল্লে। পয়াগা কোম্নরা য়াংহনবা মকোক ককপ্রে; অককপা মকোক্কা কৈগী চাংথক্কা ঈ-কান্না তারে। হৈয়ায়সু পায়মা খোংগুল তাদনা "মাঙলে" হাইথপ্রে।

কায়রেম্বা পূমঙক ঙকপ্রে, অককপা মকোক্কা অমুক য়েংঙি মচাদা অমুক য়েংঙি, খোংগুল তাদে। মমৈদা মিহুন তারক্লে। মচাগী অরাবা উবদা পায়মা মাগী সুংবংলে। অককপা কোকী নীংথীবা উবদা পীবুক মাসী খোয়রাংলে। "কায়রেম্বা ঐসে ফত্তেদা, ফিংঙিদা, পাম্মুইদা" মাগী নুংদম্রবা থম্মোই কপ্লক্লে। "তমথিবা ঐগী শারমচৎ মুত্তবা ওইরসনু।

ঙসি কৌবা নোংদগী পন্না মীপোৎ নহাক্কা মীহাৎ হায়না কৌহুনা ঐগী ভমখিন্নবা ইপাঙসে নীংখোম্নকপা মীন্নোল পূগ্নদা ভঙ্কোন্নো।" থন্নান্ন শোক্কা লাউনা কপ্লক্লে কায়ন্নেম্বা। অদু নোংদগী পন্না মীপোৎপু মীহাৎ হায়না খঙনখ্রে। নোংদমখীবা ন্নাংহনবগী অন্নাবা মীশিবু মালেমদা ভত্তনা তন্নি।

৪

নোংদম-থীবী হৈয়াইগু ন্নানা মতম লেপ্লক্লে। খূদাং পিকম্নাইনা মুজা মাগী মপুন্সি নিংসা ফূইনা শাহোন্না পন্থুং য়ৌবা ঙাইন্নক্লে।

অসোমদনা মাগী মকুম মথা স্নুন্নক্লে। হৈয়ান্ননু মমিৎ-মমায় পাঙলে, মপান্নি অমা শাংলে। ন্নান্নবা মুজা পুন্সিগী পোত্থাকম অমদি ফংজন্নে। অঙাং অসি নোংমা-নোং হম হম চাউজন্নক্লে। কায়ন্নেম্বা মচাগী অন্নাবা খন্নদং পোত্থাবা উবদা হন্নাউন্নে। অদুবু কয়া কুইননি ঙাইনো!

তাঙজা লিন্না ঙহাক তিংনা তানঙাই তান্নবসু খোয়না চৎপনা মশিনজাংনি। কায়ন্নেম্বা খোয়ন্নক্লে। অঙকপনি তাইবং নংগী ঐঃ!

অঙাং অসিনা অসুম অসুম চাউন্নকপা উন্নগা কায়ন্নেম্বা মুঙাইব্রা হায়ববু অসুম অসুম ন্নাশিল্লক্লে। নোংমা মপাগী কন্নোং খূৎকুম্নন্নি খন্দুনা ভুম্বা হীপ্পা ন্নাশিল্লকত্রে মহাক্লে। মচানুপীনা মপাগী মওং অদু উবদা মুজা পায়মা মুংবংনন্নে। কন্নম্বা মুমিত্তা মথাদগী মচা শেৎখিগদগে খনবদা থম্মোই গ্রক কংখ্রে। মচাবু মিকুপ অমা ফাওবা থাবা তৌখিদ্রে। অসুম তৌনা চহী তন্নামুক লেপ্লক্লে।

অঙকপনি লৈঙ্ক-চৎপা ভাইবং ! অরান অমা মেন্নবা অরান মথং থৌরাংলি।

নোংমা কাযবেম্বনা মচানুপী য়েংহুনা হায়রকই।

কায়রেম্বা—লাংলেল ! নপারীসি নথাদা কোনবা মতম নক্রে। নিপা হায়বসিদি শারম লাল্লম খঙদবা য়াদে। ইপানা মাবু শাগী শারোল, লাংগী লাংল্লোল তম্বীগনি। মপা মপুগী পারেপ পুরেপ তান্দবা য়াদে। নোংমা কংলৈপুংগী মপু ওইনিংঙাই লৈতে হায়বা করি লৈ ! মপা মপুগী খুভম্নি। কদায় ঐঙোন্দা পীযু।

অসি হায়হুনা কায়রেম্বনা অঙাং খুদাং পায়হুনা চিংলক্লে। হৈয়ায়নু য়ারোইদৌরে হায়বা উরহুনা মচা কনবা ঙমব্রা য়েংগে হায়রকই

হৈয়ায়নু—পস্থৌ ! নঙবু তাব্রা ? নম্নসে তরা চইন্দদি তমজখিগে।

অঙাঙনিনা চরাম-চখম্নরগনি।

কায়রেম্বা—কৈ, থুরো, ঐ ঙাইগে।

অসি হায়রম্নগা কায়রেম্বা চংথ্রে।

হৈয়ায়নুনা মচা য়েংলগা কপ্প-কপ্পহুনা হায়রকই।

হৈয়ায়নু—ইপারী নঙবু চাউদ্রিবা ! নঙগী পস্থৌদ কংলৈপুংগী য়াজোন-নিংথৌনি। নমা ঐবু পিরাংদগা তায়োম্না লেন্নু, নুজা ওইবী নমাবু পুন্সি অসি পিথম্লৌ তমখিবনা নপানা অসিদা লাকপনি। নপুনা পায়না লনখবগী হৌনশা নমা ঐনগা চৌম্রীকহৌবদগী

থাওলেল মাগী থাওদম ওই পম্মৌ মওগী পুন্সি তেনখয়ুত্রে। হৌ-জিক্তি নওনা চাউরকপসিদা, পম্মৌগী মংশক তাল্লরনি কিহুনা নপুনা নওগী য়াইবী লোংউপ তাল্লকই। ইমানদি নওবু কল্লিওই উত্রে। নওবু উন-উনমক্তি নপুনা ফনা থম্মোই কন্দুনম্ন লোইবা ওম্লোই। মতম পূম্নমক্তা নপুবু থানদনবা হোংনৌ .....।

কায়রেম্বা চওলক্লে। "ইপা লোইরব্রা চংসি" মস্থ পুহুনা খোঙ-শানখ্রে।

মস্থ পুহুনা তুরেল তোইব হঙ্গংনা অচৌকপা থিহুনা লাক্লে কায়রেম্বা। লেমৈ ওারম তান্সিন্নহুনা ঈল লংবা হৌরক্লে। নুংগায় লৈবা লৈবা মকমদা ঈল লংলক্লে। ঈল অহু পল্লে মানা নীংবা থুংলে। হৌজিক্তি মস্থদা য়েংলহুনা হায়রকই।

কায়রেম্বা—ইপা! ঈল অসি পল্লে। লেমৈ ওাজাউ লকপা তারে। নাম্মোকখিবা য়াদে। নও অমুক্তং লূপতুনা ঈনখোমলুচো। ইপু ঈল্লী চিংগে।

অহু তাবদা অওাং অহু মমাগী য়া নীংশীংলক্লে, হায়রকই।

মস্থ—ইপুনিংথৌ! ঐদি লাইজা ঈরোনমুংদদি অমুক্তগু কূমদ্রি, ঈরুপ্পা কৈদগী হৈরুনি? ঐ ঈল্লী পায়রমগে, নও ঈনখোমলুচো। কায়রেম্বা চেনবা য়াত্রে, লূপ্পা তারে, লুপ্লে।

হৌজিক্তি অচুম-অরান-য়াৎপা মপুনা মরাল-লৈতবা অওাং কনগে নাংলে, অওাংগী মবুক্তা চওলে। অওাং অহুনা মপুনিংথৌগী থাংজা

মাপন্না মিতম্বা, লোঙলেল চীন্নোং মাপন্নবা নাউন্না খুৎনা পান্ন মপু লোংমি তম লাইজা ঈয়োন্নুংদা থিন্নরক্লে। ঈথান্ন কায়রেম্বা, মাগী লালাউদি থমবু থমখো, খোদেমখোন্দা তাবদা মমান্নবা নিংথৌ পূম্বনা মিহুন চেনগুম চেনগানরবা লৈরাং মাগী মতমগুম তনৌ তনৌন্নবা চহী তন্নাদগী পাম্বোমদা মানা লাল্লুনিংঙাই মথন্নায় থা মপুন্সি ঈথন্না তোন্নোমখি।

---

অচুম অন্নাল অনীনা—মস্থ মপুনা, শন্নেং-পাম্বোম ঙানখিবদো চীং ঐ ইখোঙদা তুরেলগী ঈয়োন্নুংদনি। ঐ ইখোংদা লাঞ্জবা মস্থনা খন্নুম মাগী নোংদম্না লম্ফেনবা মপুবু নমখি। অচুম-অন্নান-য়াৎপা মপুনা তাইবং লমজুমগে নীং চীং ঐ ইমায়দা চীন্নাইদবা খোর্জেনা য়েক্লাইদবা মন্নেক্লা ইখি—পূ—নম—চীং।

অদু নোংদগী চীং ঐবু পুনমচীং হায়না খঙনখি।

---

লী অস্থন্না পুনমচীংনা মাগী মিংথৈরোন। ন্নারোইদা মানা নাকোং খুদিংদা নাপচিক্লা মুংশিনা হায়—

কাউজনথীবা তেংবাল !
করিম্নুংদা লানফদে,
কৈদৌম্নুংদা কৈফদে।
অম্নানবনা মাঙজবা,
অচুম্বনা পাহ্লোবা
মপু মাগী নোংদম্নি।

ঐঃ না মাঙওইনহনা !
অচুম-অরাল-য়াংলিবা,
অমম-অঙাল-খায়রিবা
মপু মাবু লঙফদে ;
লঙহৈদবা মপুনি।

মিৎলম চামা মিৎপাংনা
অহিং-নুংথিল মিৎশেন্না
অচুম্বনা কৈদা তাই,
অন্নানবনা কৈদা কায়,
চেৎনা শেনবা মপুনি।

উদবনা কদায়নো ?
খঙদবনা করিনো !

লোইনা উবা মিংকম্নি,
পূমখণ্ড-খণ্ডবা পূককম্নি,
খণ্ডবা উবা মশক্নি।

অয়ানবনা য়াইফকৈ
অচুম্বনা মায়খৃৈ
মুংশোইনবা তৌফদে
মাবু লৈতে নীংফদে
মাদো ওাহাকীদনি।

অয়ানবনা খাওতেক্নৈ,
অচুম্বনা ভুংগোইনৈ
করিমুংদা কাউফদে
কৈদৌনোংদা মমফদে
মপু মাগী ম্নায়েম্নি।

---

লমতাক্লক্লে অম্নুম্না তাইবং মীয়োল মীথাং য়েনা মহাক্লা মাগী মিমুংশি অসিমক্তনা মতমবু মানা লায়না ওম্নক্লে। হৌজিক মাবু অমুক মতম্না ফুক্লখিগদ্রা। ফুক্লরাই, নীংথে ম্নকপা মীয়োনগীদমক্নি, মতম্না মাবু নম্বোনা পনথুং য়ৌনা চেম্নরগনি। শোয়রোই, কম্নিনা, অসিগুম্বা পোৎলমদনা মতম মানা নাপঞ্জে।

মতম কৌবা লাই মালেমবু য়াইফবমদা চিংবদনা মাগী মথৌনি।

---

# পোৎশংবম খোংনাং।

চেংলৈ, লিপ্রবা শাগৈনি। মতম অমা কংলৈপূং অসি মখোয়গী খূত্তা লৈরম্মি। মখোয়গী রাম্নী রাখোং পূম্নমক মতমগী লাকোক্তা পানখিবনা অয়াম্বনা খঙনদ্রে। কনাগুম্বা অখিনবশিংনা খিরুম্নবগু মতমগী লাকোম্না য়াম্মনখিবনা মখোয়গী পন্দুপ য়োবা রারে, মোরবমক্তদা ময়েক্কা শাম্মনখিবনা মখোয়গী মরোল লোইনা খূনবা রারে। শাগৈ অসিগী শীংনাইদবা লৈমা নিংথৌশিংগী মরক্তা মিংনাইদা মিংনাইখিবা নিংথৌ তাম্নী, লৈমা তাম্নু, নিংথৌ ক্লাংবা। লৈমা কাংখল গুম্বা খরদংদগী নত্তনা অতৈগীদি মিং ফাওবা মুৎপগুম তৌশিল্লক্রে।

মখোয়না কংলৈপূং ভারকপসি কুইরে। মালেম লৈশেম মতুংদা ঈচাও অমা থোকখি। চীংগু মতিক চাওবনা খা-না পাংবলম

কংলৈপুংগী ঈশিং থাদথি। ঈশিং অদুনা কংথরকপা অদুরাইদগী মখোয়না কংলৈল অসিদা খুনশেম লৈশেম পাল্লকপনি হায়নৈ।

মখোয় অসি মখোয়গী মতম অমা লৈবগুম তৌরম্লবগু নীংথীনা লৈভানা পানবদি ভমখিদে। পোত্থাবা, নে-ভাবা মখোয়গী মম্লাইবক্তা য়েক্লমদ্রবা শাগৈনি। লম্লাইদবা মপুন্সিগী অম্নাব-নায়ক, খুদোংথীব-শীংলক নম্লবদা নপূম থীৎতুনা অদুম মরোইপ্রবনি। মালেমগী তোংভান তোংভানবা মকমদগী হৌরকপা মী-ঈচেলগী ঈরম অচৌবা কয়া কয়া, ঈথৈ মচা, অচৌবা কয়া কয়ানা পাশিল্লকপনা কংলৈপুং অসি তত্তনা ঈনিল নাইখি। ঈচাউশিং অসি পম্বিং পম্লাপ্পদনা মখোয়গী থবক পঙ্গাউ ওইখি। কনা কুইনা মখোয়না পম্লাপ-পম্বিং ভমজরম্মি, মমৈদদি ভমশিল্লক্করে। ঈহৌ-ঈচাউ খুদিংগী ঈয়ৈ-ঈনম চায়কপনা নোংমনোং শাগৈ অসি মরোল-মরাল তাকশিল্লক্রে। অদুম অদুম ওইনমক মতিক মঙাল কূদোক্তুনা মতম কনা শাংথনা ঈথৈ-ঈথৈননা মখোয় মশেল কায়নদ্রিকাও মখোয়গু খায়গী মীরক তিঞ্জবা মঙম্লম্মি।

শাগৈ কায়বা অরাবনি। মীওইবগী শাগৈনা কায়দনিংঙাইগু লৈতে। কম্নিনা মপাম্না থরদং ফরকপদা হেক মমথিদুনা মীওইবনা "ঐনা লৈবাক্কি, লৈবাক্না ঐনি" হেক্তা মকাউথোক্লে, অদুনা হেক্তা মকায়। অসিনা শাগোম্নরকপা মীরমচৎ ওইবনা চেংলৈ মগুং অদুম তারে; কূরূপ অনী'মা চোংথোকপ্রে। কূরূপ অমনা খাব-গীনি, অমনা ভানব-গীনি। অনী অসি কন্দ-হৈভবা নত্তে, মখোয়গী হাক্তক্লা চেংলৈ অসি হায়গী মঙামক কংদ্রবগু কনা নীংথিনা কূপংলকই। অদুবু

মুৎলমদাইগী থাউমৈনি, কয়াবু কুইনা ওানগনি। মখোয়গী মতুংদগীদি চেংলৈ খংহাই হাইখগ্রে। চেংলৈগী মওাল কংলৈ মাগী অত্তিয়া মকোয়দা তাকখিবা চীংজেং নায়লপাঙ্গনবা লাকত্রিফাও অমুক ফাওয়কপা তৌখিদ্রে। চেংলৈ কংলৈ হৌমিন্নবা শাগৈ, নোংমনা মমান্নবা শাগৈ অমগী শেগা থা, নোংমা অমনা অতৈ অমগী মখোঙ পায়, চাক্তাং-ফিদাংবগী মওংগুম ময়ুমদা মীনাই শাত্নুনা পানখি! অওকপনি মতমগী খোওলৈ।

১

খোংজি নুংলাইবা, অসিগুম্বা মতু শোল্লবা চেংলৈ শাগৈদা পোকপনি। খুভম্মক্তি মুত্তত্নুনা মাশু নিংথৌ হায়বা মিংথোল অত্তুদি মকংজে। মহাক অসি ওসিদগী চহী লীশীং অমগা চামওাগী অত্তুনাই ওইনা কংলৈ ফম্বাল লাংখিবা মৈদিওঙু নাউখম্বগী লোঙ্গানি। মতু শোল্লা পোক, মীথা থানা পাল্লবগু মহাক অসি খুঙ্গং খয়গী মপু ওই, চীরু ঈংনা মাগী থোকপা অমা মপাঞ্জে। করিনা, মখোঙ তেক্লা পোকপা মীনা খোওতেকপগী অরাবা মুন্না খওদে; মওোন্দা পোৎলুম অমা ওইনা থোক্তে। অত্তুদা মাদি রাজরবান, অন্নাবা অতৈ অমা ন্নাইথুংহল্লগমুদনা হায়বদি য়াদে। তমথীরবা অরাবা অমা মাগী নাকওইনবগদোরে। অত্তুম্ব মালং মাগী মালংচৎনি কনানা কৈদৌনি!

খোংজি-নুংলাইবগী তালোয় চেংলৈ-সৈমসি কজে, নীংথীজে। চুম্না কজবদা নত্তে, মাগী লোন্দা মপা অমা লৈভবনি, মপা ওইনিংঙাই মমী

ফাওবা তমদবনি। ম'না কজবসী কদায়মী মথৈ ফজৈ হংলবদা উৎনিং-ঙাই অমত্তংদদি নৈ। উ-ওংববা লৈরাং লক্তা মেলৈ লৈম্নানা ওইবগুম নীংথিজৈ ; লৈরাং মাগী লৈশক লৈচুনা হেনমমনবনা চৈজিংরোম্না 'মেলৈ লৈম্না নোংচুম্বান, কদাম্বদি লৈনুংশি' ভেংথানবগুম মতম অতুগী মীরোম্না "চেংলৈ লৈমা শকহেনমু য়েংলা য়েংলা শকনুংশি" ভেংথানৈ। অনী অসি চুগু ফনা চুনৈ। মেলৈনা লৈশক্তা লৈচুদা পাবিনিংঙাই লৈতবগুম লৈমা মাবু শকওং শক্তাদা পাবিনিংঙাই তাঙন্তি—গুইক্লবু লৈতে লৈরাং মাগী লৈনম রাংপগুম মুরা মাগীগু থম্মোই রাংলি। মাতুনদি করি থোক্লগ-দৌরি য়েংসি।

নোংমা মৈদিংগু নাউখম্বনা মালং ঈচিক লোক্কে নীং তোরৈ মতুং ইন, মুমিদাংরাই তাবা মালং ঈরোয়না চেংলৈ মপুংয়াই রোমদা হাই-দোরকই। তাঞ্জা অসিদি চেংলৈ লৈমগু লাইজা ঈপাল লোক ঈঙো ময়োল শংকে নীং চেংলৈ কোন্দগী হেক শান্দোরকই। অনীদো গোক হেক মায়োক্লররে, মিংকা মিংকা চান্নরে। নাউখম্বা মহাকগু "ঐদি তাইবংকোন্দাবা খোইমুনি, নাপোম হিপ্পা খোইমুগুম লৈচুপ নীংদমফদে" খল্লুদ্রে ; অতুগা লৈমা মানগু "ঐদি মীকোল-ওংবী লৈবাংনি, লমজাউ তাবী লৈরাংগুম থোহরান খোইওক্লফদে" কাউথোক্লে ; অনীদো মুংশি চীজোয় পাউশিন্নরক্লে। থাজনিংঙাই লৈতে ওম্থোক্লা মীওইবা নঙ্গী নরমচৎ।

নাউখম্বা ঐগী পুক্লিং হুরিবী মুজা ওইবী নঙবু কনানো ? মৈদিঙগু নাউখম্বগী মুংশি মুংঙোল থৌরিনা মুজা নখুৎ তুংবুন্না লৈমকোল রোগনি

খঙব্রা ? মুংশি ন্নায়েল-চৈয়াক কং নিংথৌ ঐগী চায়-মিৎশেল থাঙ লৈমা শানা তাংবল-নাপ্পা য়াগনি খল্ব্রা ? কোলোয় নপাউ শেংলম্মু।

নাউখম্বগী ন্নাঙ'ঙ তাবদা হান্না মুংওল্লবী লৈমনা খোঙকম থাংশি থাংঙমদা, থাঙ্গমুসি কদায় চৎ-লেপ্পা মিৎচিনা হাইকেৎ পাদম্নম মোমোন লুরুক থিঙ্গাপ্পা পাউথুম্নকই।

লৈমা—লৈয়াংনা নোংদমথীবনা লৈপু হান্না পানখরে। লৈয়াং ঐগী ইশুংলাং মুংশি খোইমু নহাক্না শাগল ভূকাং তংপন্নাই লৈয়াং ওইবী ঐহাক্না ইমিৎনা করম য়েংসিগে ? মুংশি মুংশি মুংওন্না পামু পামু পৎলোইনা মুংশি পিথম্নরগে ন্নান্নৌগন্নুকো পামুবা !

ন্নাউখম্বা—মপু ওইবা কনানা হুন্নানববু থাব্রা ?

( প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা লৈমা খুজং পায়তুনা হাযরকই )

চৎলসি শানৌ, ঙসি কৌবা নোংদগী নঙ মৈত্রেমা নি। মুংশি নঙ্গী নঙংলাং অরাবা তাবা পুম্নমক ন্নাই কৌবা শোনথরোই।

লৈমা চিংলক্লে। মৈত্রবুং তমদুনা অনীদো খোঙলৈ কামজাউ হুল্লক্লে। মৈদিঙগুনা লৈমা চেনখিবগী পাউ খোংজি নূংলাইবগী মনাকোং ন্নোথরে, "অচ্চা লাকচৈদা" ফৃলোরক্লে। চে লৈ লাকপা অশা উবগা ঈরোয়না খোঙ্গাপ চেম্মাংনা তান্নরক অনীছু লাপ্পা উরে, লাউরক্লে খোংজি নূংলাইবা।

নূংলাইবা—হায় মৈদিঙগু তাব্রা লেপ্নমখো, ঐ লাক্লিয়ে।

খোঙ্গেল অহু তাবদা নাউথম্বা চপ লেপ্লে, লেপ্পা লেপ্পা মশানৌদা হায়রকই।

নাউথম্বা—ইশানৌ ঐদি ঈমান্নবনা লানকৌরবদি লেঙবা য়াদ্রে, পামু নঙনা পায়মা হুংহোংনা নথঙলেন ঐবু হাৎপদি য়াদেদো।

লৈমা—করি রানো পামুবা ! তাংজা লিন্নদবু মরৈ অনী শুবনি, ননাও ওইবী ঐনা লোয়ুম্বা নঙ্গী কাদদি ইচীল ইরৈ অনীদি শুরম্মোই। ননাও ঐগী ইশুংলাং পামুবনা মায়থীবা থোক, পুম্বি তেনথন্নবা তান্নবশু ননাওনা কোরৌ নোংমদোন্দা হৈনা নতুং ইন, হুংশি নঙ্গী থৌগল্প, হুজা পূক্নীং থুংজগনি।

খোংজি নূংলাইবা য়ৌবক্লে, শাউনা মৈদিঙভ় য়েংতুনা হায়রকই।

নূংলাইবা—এঃ মৈদিঙভ়, নঙনা য়াম্বা শাবদি অসিরা ? নঙনশু মীগী তালোয় হূরিবা ?

নাউথম্বা—নীংথিবা লৈরাং চিন্নীংদবা য়াউব্রা ? অহুম্নদি ওইরবদা নাউথম্বনা কৈদৌনোংদা নমতুনা লৈপাল ফকপদি তৌদে।

নূংলাইবা লৈমদা য়েংতুনা ঙংতুদা হায়রকই।

নূংলাইবা—লৈমা, করি ......... ?

লৈমা—নহাননোংমগী ইথংলেল ! নোংমা নঙনা অহুম পাউহং য়ারম্মি ঙসি কৌবা নোংসিদদি ঐ মৈত্রেমনি, নঙনা......।

নূংলাইবা শাউথিবনা "নঙদা লোইরগা লোইরে" চোংশিন্নক্লে। নাউথম্বনা মায়োক য়ারে। শামান-লেংমান্নবনি, অমনশু লাকচদে

অমনগু হেন্দে। শামু পাঙ্গনবা অনীনা য়াথিল্লরকপা মতানি। কনানা ওন্সগবা। মালেমদা অচুম্বা অয়ানবা খঙদে। মাখোয়গী য়ায়েন্দি মমৈখৎদনি। চৈগারকপা মতম হায়বা অমা লৈরি। চৈগারকপনা লানথম্বা, চৈগুমলকপনা লাম্থীবা, পোলোইগীদি খঙদে, মালং মাগী মালংচৎনি। নুংলাইবা মায়থীয়ে, নাউখম্বা মথবাক্তা কমতুনা হায়রকই।

নাউখম্বা—পাথৌ! য়ারোগন্নু, নাউখম্বা ঐগী পায়াইমনবা পূক্লীংনা নঙ্গী নকমদা য়োল্লু'রে। নঙবু ঐনা থাদো'ক্লবনি।

অসি হায়না হৌগৎলে, চেংলৈ লৈমা পুম্বুনা মৈতৈ কোম্নুং চঙখরে। নুংলাইবা মুংঙাইতবনা থম থেংলে, ময়ুম হনগে নীংত্রে, শেল্লোই চীংখোং য়োরবদা পামেল উখোং উঙানা নাংঙনদবা থম্মোইগী মৈবা সিংবা মনিংশানা মুংগী মুংঙাইতবা মৈচাকপু শেল্লোই হুম্বা মালংদা পাউদম্না তাভুনা লৈরকপা কোরৌ শীংবুম কাশিল্লক্লে। নুংলাইবা, করি পায়মা অতুক মুংজেংঙি। তাংখয়াইবা মালংগী খেঙফম্নি। কাবা কুম্বা মশিঙ্গাংনি নীংবা কায়রে নীংকায়কদে, নঙ্গীস্থ নোংমা লাকপা য়াই।

২

খোংজি নুংলাইবা শেল্লোই চীংখোংদা লৈরে। চাগনি খঙদে, থকনি খঙদে, মমান্নবগী মখুত্তা মায়থীবা অমুক নীংশিংঙি, মাগীনি লৈরম্বা মুপীনা পূঙ্গোই অমগী মনুংদা মীগী লেপ মাবু শাথীনা মায়থী পীবা অমুক নীংশিংঙি। "হেয়া অসি ওইরে মালংপাল" মনিংশা

কৃইনা কৃইনা হোল্লক্লে। মাগী মনিংখানা শেল্লোই ভাবা মালং ঈরোয়নবা কোয়ৌ নোংদোন য়ৌখরে, চেংলৈ-পোকপা মপুবু মৈয়ৈরুরে। মামা হন্না য়েংঙকপদা চেংলৈ নিংথৌ খোংজিবা উরে। "হিঃ করিনো" মুংদারকপদা থোকখিবা থৌরম পূন্নমক উরে। হৌজিক্তি কোয়ৌ কীরক হাং, লৈচিল খোঙনেংনা মগুগী মনাক ভান্না নোঙ্গুম্লক্লে চেংলৈ পোকপা।

চেংলৈ-পোকপা—ইপা খোংজিবা, ইপুনি; নঙ্গী অরাবা উচনা কোয়ৌ নোঙ্গুম্লকপনে। করিগী পায়মা অতুক মুংজেংঙুরি? ইপুনা নঙ্গী তুইব তমগনি। লাঙোল মাংথংনবদা মুংশি থোয়দা· মুংদানা লৈকাতিন্না শাৎমিন্নখিবী ইপা নঙ্গী নশানৌ হন্দকী লাঙোল অসিদা শরাংলৈমা কোলোয়না শরাং-নিংথৌ পম্মুংদা শাৎলরে। ঐনা হৌজিক মাবু পুরকনি। নঙ্গা মাগা য়ুমওংনা চেংলৈ খুঙ্গাউ লৈচাউনা পাল্লুনবা থৌরাংঙু পায়মা নুংহন্নগনু।

খোংজি নূংলাইবা তুজুং থ্যাউ লাউ, হঙ্গৎনা য়েংঙকপদদি চেংলৈ-পোকপা মপু মোমোন মালংদা নোক্লিন্নগ্রে। "করি মতৌ কৌবনো ঙসিগী মতৌ অসিবো! ঐবু মঙলা তাইবংলা!" খোঙ্গুল তাদনা লৈথরে—নূংলাইবা।

অমরোমদনা চেংলৈ পোকপনা চুম কানাইবা ওই, শেল্লোই মপু লাই সোয়ারেন মশাইগোন ওনে। শাৎলিবী শরাং-লৈমগী চয়ৈ ফীশা-কমদা চঙখরে, য়োঙ্খম কৈয়া কৈদোংনা চিক চিক খোংলুরে।

চুমগী মখোল তাবদা শরাংলৈমনা চিংনা য়েং হায়রকই।

শরাংলৈমা—হা চুম নহাকপো, নরোল ইরোম্মদি তিম্মদা, করি পাউদম-জারিবা খণ্ডত্রেদকো ঐহাক্লা।

অচু তাবদা চুম অত্তনা হায়রকই।

চুম—শরাংলৈমা, থুক্কমু। ঐ কোরৌ নোংমদোন থক্তগী মুজা নঙ্গী নঙ্গুংলাং নোঙ্গুম্নকপনি। মুজা ওইবী নহাক্কী লাঙোল মাংথংনবদা মালং লৈখোক'মদা ওংমিন্না, লৈকা'মদা শাৎমিন্নখিবা নশাবী, মুজা নঙনা খোয়দাজখিবা, হন্দক্কী লাঙোল অসিদা খোংজি-নূংলাইবা মিঙ্খেনা চেংলৈ পূংদা শাৎলবনি। লাংনা পাদম্বীনা নঙগা মাগা হান্না পাদম লাংকিবীরবনি। নশাবী ওইবা মহাক্লা লাঙোল'মনা নমখিঙাই, চেংলৌ লাক্সি লাকওমদা, শক্তম কাউসি কাউওমদা, অমুক পূক্লীং খোয়রাং ঈথক চৌ, অমুক পায়মা মুংজেং মুংবংনা শেল্লোই নঙ্গী চীংখোং অসিদা খয়ুম কনাগী নোংদম্না শানৌ নঙবু উম্নগদগে রানা ঙাইরেদা।

শরাংলৈমা কিণ্ড কি, মুংণ্ড মু'ঙাই পাউখুম্নকই।

শরাংলৈমা—নঙনা খয়ুম কত্তবা ওইহুনা মুজা ঐবু রায়ৌ খুরোগে শীনবা য়াই। ঐদি ইপা নিংথৌদা তাক্লনি।

চুম—ঐনা কত্তবদা নপা নিংথৌনা কৈদৌনি? য়েংজৌ। (চুম কা-নাইবা অমুক মাঙভি অমুক উই, অমুক উই অমুক মাঙভি) লৈমনু খঙলব্রা? অচুগা অসিমণ্ড খঙও খয়ুম কত্তবা লৈতবনি।

তাইবং নঙনা লম্ফে নিংঙাই রারক-শাজে থাবদনি। ঐখোয়দি মরুপ শঙ্গন নাইদে, য়েরুবা চৈথল খাদে পুম্নমক চপমান্নে। নঙবু মুংশিন্নুনা মীরাল লোয়্নীন ওই, নপুন্সি পিথম্নগনি তাকপীরবদনি। লাকও চৎসি!

শরাংলৈমা—ইমা লৈমশিংনা ফিশাখোল তাদে থিরক্লবদি?

চুম—নঙ্গী শিল্লুক্তু ঐ পুবীগে। নমা লৈমশিংনা হোরেল পাউহংলগা খোয়নৌ ইমাব্নবগা কাব্রং লংদানমিল্লরুই হেক্তা মথুম্মু।

অসি হায়দুনা চুম কানাইবা লৈমগী শিল্লুক ময়ানা চিক্তুনা পু, মমৈ কাঙদুনা চেনখ্রে। শরাংলৈমা হায়মরক তৌমরক ওই, চুম মাগী হৈনা তুংইল্লক্লে। চীংদোলদগী চীংখোং তাল, চীংখাংদগী চীংখোং তম; খোংজি নুংলাইবা লৈবা মফম য়ৌরক্লে।

চুম কানাইবা লৈমা মাগী শিল্লুক থম, 'নশানী লৈরে' হায়রম্লগা মাঙখরে। শরাংলৈমনা য়েংঙকপদা খোংজি নুংলাইবা উরে। খোংজি-নুংলাইবনশু শউম অমা তাই, লৈনা য়েংলকপদা শরাংলৈমা উরে। মিংকা মিংকা চান্নরে, রাদি'মত্তা ঙ'ঙনদে। পানগী পানগী শকাউনরবশু মুংগী নুংগী শকথঙনরে। লৈমা খোঙবী লৈহোৎনা খাঙলে, খোংজি-নুংলাইবা চীনবান নোর্কচিক্লনা লৈরে।

অঙকপনি তাইবংপাল! অরিবনা তুংদা থম, অনৌবনা মাঙদা থা, হরাউ ঈশৈ শক, মতম ঈরোয়নবনা নঙ্গী নশিঙ্গাংনি! মাহু নত্রবদি

কৈদগী হিংবা ওমগনি ! হৌজিক্তা রারম্বা খোংজিনি চীনবান নোক-চিক্লনা লেপ্লিবা অসে !

কনানা রাহৌগদৌরি ! রাহৌবগী করি হংনিংঙাই লৈ। অসাইনা রারোইনখ্রে। মুংগী রাদি লৈমগী লৈহোৎনবা খোঙবীগা খোঙজিগী নোকচিক্লবা চীনবানগা অনীনা রাভেম্নখ্রে। পানগীদা মঙাইরে। পানগীদি খোইমু ওইবনা কাইহৌবা হৌনশানি।

নুংলাইবা—শানৌ করিগী খোইরৎনবগে?

লৈমা—মুংশিবা, করিগুম্বদা লৈরাং ওইবীনা খোইরৎনখিবা তারব্রা? খোংজি খুখীরবা থম্মোইহনি। থম্মোইদা কারল অনী ফুরক্লে।

নুংলাইবা—(মখোল নীক্লা) খোইরান অতৈদি ?

লৈমা—করি রানো মাঞ্জ নওবু লমজাউ ওংবী লৈরাংনা অমনি, তাইবঙ খরাই পরং লাংবী শিঙেম্না অমনি। নাপোম হিপ্পা খোইমু শাহুল তমগে নীংব্রা ?

নুংলাইবা—পায়মা পুক্লৌচাউবা মুংলৌরগনু। পামু নঙ্গী নকাদা নশাবী ঐনা লওঙুরে !

মুজা পাখং অনী রাভেম্নরে। শরাংলৈমা মরাল তমখরে, খোংজি-নুংলাইবঙ চেংলৈ মরাল তম, লৈমা মাপা হায়নবা মজুং ইন, লৈমা পোকপা সোরারেনগী মকমদা মী থাহুনা রাহৌখ্রে।



সোরারেন য়ারে। হৌনবী হৈজীং-হৈরা পুরে ; ফিরোয় ফিভাম থারে ; রারোইনরে। খোংজি নুংলাইবপা শরাংলৈমপা লুহোংলে। সোরারেনা মচাগীদমক তওৎ চামা, তমং চামা, চামা চামনা খুজিং ওই, অওং-অউন তম খোংজি নুংলাইবগী মরান্দা মচা শরাং লৈমা থিরে। লৈমনিংথৌ অনী খোয়দা-মুংদানা পান লৈবাক লৈচাউরে, খুলহোং খুম্ভাউরে। পুম্নমক মুংভাইনা পাল্লে !

লৈম-নিংথৌ অনীগী হাক্তকা কংলৈপুংদা অরাবা অমা থোকখি। কৌক্র চীংজেংদগী ঈশিং পাথরকপনা ভূ-খোং মবুক থন পাথংলকপনা কংলৈপুং ঈশিংনা লোক্তাক থারা শারে ; লৈবাক হায় হায় লাউরে। কংলৈপুংগী লৈপাক নিংথৌ পুম্নমক খোয়জি মুংয়েক কাউনরে ; করোং-খুংকুম লেপ্পরে। পুম্নমক পুন্দুনা লৈবাক হৌত্নুনা লাইজা ঈনাপ্পা চৎনরে। খোংজি নুংলাইবা মাগী লৈবাক পুত্নুনা চরৈ-ফিদোল কাংলবী খোয়জি-মিহুল-লাংলবী লৈমদা লৈবাক শিন্নরমত্নুনা ঈনাপ্পা চৎখ্রে।

অওকপা ঈশিংনি হাথরকপগী লোইবা লৈতে। পন অমুক নাপ্পি, ঈশিংনা অমুক মনমথাই, খুখাবা য়াজ্রে, লৈবাক পনখোঙ থাবা য়াদ্রে। নিংথৌ নিংথৌনা মাগী মাগী লৈবাকী লেংপুনবা হৌরক্লে। অসুম ঈনাপ্পকপা কোরৌ শীংবুম মরাম্লক্লে, থাবুম মশীং কাশিল্লক্লে, থালোক্লবদি য়াদ্রে। লৈবাক অমত্তা যুমহম্নরকত্রে।

অসোমদা শরাংলৈমা মকুম মথা শুরে, মপারী অমা উরে। অঙকপা মচানি। মমাগী পীবুকনুংদগী কল হেক চোংথোকপদা ফুক হৌগৎতুনা মমা য়েংতুনা হায়রকই—

অঙাং—ইমা অপোকপী! ঐবু পোকপা পম্বৌদি কদায়?

শরাংলৈমা পায়মা মুংঙক মুংথুরকা পাউথুমরকই।

শরাংলৈমা—ইপারী চাউত্রিবা, নঙবু পোকপা পম্বৌদি কংলৈ ঈচাউরহুনা লৈবাক হৌনা পুহুনা কৌক্র চীংখোংদা লৈখরে; চীংজেং ঈনাপ্পা চৎখিবা থাবুম কনা য়াম্লক্লে।

অঙাং—অহুদি ইমা, পম্বৌ খোঙ্গুল লীরুখিগে। কৌক্রদি কদোমদনো?

শরাংলৈমা মচা অসি লাইপোক্সি, খাম্বা য়ারোই উরে, কৌক্র মায়কৈদা থুদোন থিজ্জারুনা হায়রকই।

শরাংলৈমা—অরাং পাংনা য়েংঙু চীংদোন অহুম উরিবসে। যণ মরুম শাবা অনীগী ময়ায়দা লৈরিবা চীংদোম্না কৌয়ু কৌবনি। কৌয়ুগী অরাং থংবনা কৌক্র চীংদোন্নি; খা থংবা অসিনা লোয়ায়াকপনি। চীংদোন অহুম অসি তম্না চৎখো পম্বৌ পম্বেংবগনি।

অঙাং অহু মমায় অরাং পাংনা খোয়রী থাওম্না মপাগী খোঙ্গুল লীবা লাক্লে। অসুম লাক অসুম লাক চীংখোং য়োরে। লৈবাক মীয়াম উরে। করিমগুম্না নাচুংবা তৌদনা মীয়াম মীয়ক চঙহুনা নোংজম্নবা খোমকম্না লাউহুনা পাউহংলকই।

অঙাং—পম্মৌ মানবখোয়। ইপা খোংজি নুংলাইবা য়াওব্রা?

মী পুম্নমক ঙক্করে। মৈদিঙঙ নোংখম্বনা পাউহংঙকই।

নাউখম্বা—ইপা নঙবু কনানো?

অঙাং—ঐদি শরাং লৈমনা পোকপনি। ইপানা খোংজি নুংলাইবনি। ইপাগী থৌদাং পুগে লাকপনি। ইপাগী লৈকমদদি তাকপীয়ু।

নাউখম্বা—নপা নিংথৌদি লাইজা ঈশেং পুরিবনি। ঈখোং তাম্না চংসি।

অঙকপগা লোয়ননা ময়াম্না হৈনা তুংইন্না অঙাং মপাগী লৈকম থিয়ক্লে। লাইজা ঈখোং য়ৌরবদা নোংখোংননা কৌরক্লে।

অঙাং—ঐবু পোকপা পম্মৌ খোংজি নুংলাইবা য়াওব্রা? ঐ ইমা শরাংলৈমনা পোকপনি। পম্মৌ নঙ্গী খোঙ্গুল লীয়কই।

খোনকম অদু তাবদা নুংলাইবা হয়াও মুংঙক্লনা "ইপাগী ইবুংঙো। ইপা লৈ" চোংথোক্লক্লে, মচা কোম্লে; মপা মচা শকখঙনয়ে। অঙাংনা মপা য়েংহুনা হায়রকই।

মচা—পম্মৌ। ঐবু পোক্লবনিনা ঐনা থৌশিল্লিংঙাই ওইয়ে লৈবাক পুম্বগা পোত্থাবিরো, ঐনা ঙহাক্তদা ঈথিংগনি।

অসি হায়না চোংথক্লে। মীনা ফুকঙমদবা নুংনা ঈশিং ঈমায়দা ওক্লক্লে। ফুকঙমদবা উজাউ ফুক্তনা পুরক্লে, মথং মথং কাংফৈ হাপ্লক্লে, মমৈদা-মমৈদা লৈপেক্নুা লৈনম্লে। লৈবাক নিংথৌ পুম্বা য়েৌহুনা

থিংঙমজবা ঈশিং, চাকচমাং অমদা পন্নাপ্পা লোইখ্রে। কংলৈ নিংথৌ লৈবাক পুন্নমক্না চাংজেং নাপ্পা পাঙ্গনবান মাবু চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা কৌনখ্রে। লৈজ লৈজবা পুথোক্লুনা খয়ুম চেংহৌবগী মতাংগুম চীংজেং-নারল পাঙ্গনবদা চেংহোংলে। কৌক্রু চাংথেংদা লৈবাক মীয়াম ফূহৌখ্রে।

চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা ল ঈভা ঈপান লাঙ্গে নীং, তুরেল খোন্নুং ওভবা উপাল অমা মতোংদা লাক্লা চিথ, ফৈরা তনওই ওই; ঈপাল লাংলক্লে।

লৈবাক কোঙ্গায় অমত্তু উকৈ অহু। তোংতুনা ঈপাল লাংলরে। পাঙ্গনবা ঈরু মায়থবা লোইরতুনা মথ মদা হায়রক্কি।

পাঙ্গনবা— ঐদি কুম্বা তারে। ঐনা কুন্নবদি উ অসি হাইগংপা তারে। লৈবাক ময়াম কুনথবারো।

কনা অনত্তনা থৌওইনা ওদ্রে: খরা মচান ফাডবশিংনা "মপাঙ্গন খরা কৈ নরাংঙে অডাংসে। নঙ কুম্নগা কৈদৌনি কুম্মুদনা" খুন্নক্লে। পাঙ্গনবা তৌবিনু তোয়না হায়জবদ মথ দ্রে। "অত্তদি ফংর" চোংথখ্রে অডাংদো। মানা হেক চোংথবদা উজাউ অত্তু ফৎ হাইগংখ্রে। তোংলম্বা মী পুন্নমক মীয়ৈ-নুংয়ৈনা লোইনা শিরে।

অত্তু নোংদগী উজাউ অত্তুবু, মাগী ওইবা উরম পুম্ববু 'মীশি উ' হায়না খঙনখি।

চীংজেং নারল-পাঙ্গনবগী হাক্তক্তা চেংলৈ মরায় কাংলখিগদ্রা! কনানস্থ হায়বা ঙমদে। মতমগী খুশিল মতুং ইনবনি, পূন্নমক মাগী পূক্নীংনি।

৪

চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা চেংলৈ লৈবাক্লা রাঙোন্নিংথৌ হাপ্লে। কন্নক য়েংথীবা ঈশিং চঙবা ঙমদ্রে। চেংলৈ লৈবাক লৈহোঙ লৈচাউনা লৈতানা পাল্লে। মতম কুইনা লৈতারুরবা মাগী শাগৈবু অমুক্তং ফুগৎকে নীংলক্লে রাঙোন্নিংথৌ। কংলা পূংজাউ থীল্লে, লৈবাক ময়াম তিল্লে, রাঙোন্নিংথৌনা লাউথোক্লে।

রাঙোন্নিংথৌ—চেংলৈ ইপাচা অপূম্বা! ঙসি কৌবা নোং রাঙোন্নিংথৌ ঐহাক্লা লৈবাক্তা লাউজরি। চেংলৈ হায়বা ঐথোয় অসি কংলৈপূংসিগী খুন্দা অহানবনি। অহুবু খয়ুম নোংদম থীবনা ঙসিদি শাগৈ ইমান্নবশিংগী শেগা থা, চাক্লি-ফিনি পানবগুম ইয়ুমদা লৈনা নাইওইরে। ওষ্টোকপনি। পারোন-পুরোম্মা কোরৌ নোংমদোন্দা শামান্নবা মমাঙদা তাংজা কীরুক থুম, রানা খাঙলরিগনি। নিংথৌ তান্নী, লৈনা তান্নু, খুদাং পিকম নাইরবিগনি। অহুদগু নক্রি, হৌখিবগীদি হৌখরে, চারোল নীংথোয়্কপশিংবু নাইকম রাৎনা থনমশিরা? ঐথোয়না কৈদা তাই, শাগৈ অতৈনা কৈদা হেল্লি? ইপা ইপুগী পারেপ

পুরেপ তাল, ইখুভম হ'ঙ্গন্দবা য়াদে। চেংলৈ ঐখোয়গী
নিপা ওইবা পুন্নমক থাওদা পায়বা হৈবনা মরেং মরোল নাইনা,
শাগী শারোল লালগী লাল্লোল ৱাঙ্গোম্নিংথৌ ঐনা শীনবা
পোইরৈ মতুং ইন্না তমগদবনি।
ঐনা লৈবাক পূক্নীং খওজগে কংলা পুংজাউ থীগ্গবনি।

নিংথৌ অখুবগী মরা অহু তাবদা চেংলৈ শাগৈ অপূম্বা হৌরে, মুংঙাইরে। কম্না কম্না তা খিংনা "মুংঙাইরে ৱাঙ্গোম্নিংথৌ; নহাক-থংসিদা পারেপ-পুরেপ হঞ্জিল্লম্মু" খয়ুম মিংখৈ পন কুবিবা হৌরক্লে!

হৌজিক্তি চেংলৈ নিপা মমাঙ্গী চেংলৈ নিপাহু নত্রে। শুক্তা চেংলৈ, নুংদা চেংলৈ; থাওদা চেংলৈ, তাদা চেংলৈ, মুক্লাদা চেংলৈ, চেংলৈনা খ্বাইগী মিৎয়েংনি, ফিদম্নি, কুম্মেনি। লৈবাক্তা নিংথৌ ইনখৎপা, নিংথৌনা লৈবাক চিংখৎপা লৈবাক নিংথৌ পাল্লম্নি।

চেংলৈ নোংমনোং থূৎকন পাঙ্গল্লক্লে, পারেপ ফংলে, পুরেপ য়োরে, ঙসি মখোয় কংলৈপূংগী মপুনি। কোরৌ মঙালদা লাকপদা থাজ মাগা শারোয়না থরান কোঙ্গোল তাকপগুম ঙসি কংলৈপূংগী নিংথৌশিং মমখ্রে। অঙৌপানবা মমখরে, মৈদিঙঙু ইওনখরে। অঙকপনি মতমগী মিৎলৈ! থক্তা খাদা, খানা থক্তা মিকুপ'মদা।

চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা চেংলৈ মাগীদমক্তা পোকপা নত্তে, লৈবাক্কী পোকপনি। কংলৈ লমখৈ য়াৎনবা, নীথোম্নকপা চারোনগী লৈতান

লৈথিনবা পোকপনি। থরান মাগী খোঙফম্না নোংমদোন কাহুপ'মদনি; কোরো মাগী খোঙফমদি নোংমদোন ফৈগ ক্রবান। কংলৈ কোইবা লাই চীংজেং লমথাখরগে নীংলে। তাইবং থয়ুন অনাদি শষ্ফেদনা মথল্লি, শক্লৈ, মঙাল ফংবা কাঙলুপ্পা!

নোংমা কৌবা নোং কলৈ কোইবা লাই তাইবং শক্তম লৌরে। অথৌবা ফিবেপ শেংলে, শল্লাং লুপুন্নরে, শিংলি থৌরীনরবা পাম্বোমদা খুদাং য়াহ হাপলংলে, খুবোম মরৈনবদা খুবোম য়াহ যোনশীল্লে। চেংলবা খুদাংনা তিমেন তাবাক তাপানা চীংজেং নরল পাঙ্গনবগী থোঙজিন থোঙলম্লক্লে। মগোঙ থোঙশাক অর্নি না মালেম দ্রং দ্রং লৈথীন্না নোংখোংনববা থেনফম্না লানশং লাল'উরক্লে, চীংজেংনরল পাঙ্গনবা, ঔউঃ ঔউঃ ঔউঃ!

লানশং লাল'উ তবনা চীংজেং ফংদোরক্লে. হায়রম্ই।

চীংজেং—নুঙউইদা লাল্লোয় অথৌবা, শামাল্লবা রাং, লামাল্লবা তাঙ, পাল্লোম চায়েংনদবা কুইরে। ঙসিদি নীংবা থুংলে, অথৌবা নঙনু কনানো? চীংজেং লানপাগনি লবপদি পোম্বা করি থাননি? নঙনা পাম্বা হায়যুতাস।

লাল্লোয়—অথৌবা, ঐগীনা থরয়, নঙগীনা কংলম্রা? কোলোয় কোন্তক্লগনি।

চীংজেং—ফৈ নঙনা ইংখোঙদা লাকপনি, নঙনা অপাম্বদা তৌগনি। লালগী লাল্লোংদ করি ····· ?

**লাল্লোয়**—লানওং পুম্নমক ঐগীদি কায়দে, পোম্থা থরায়নি। অথোবা নঙগীদি কায়, কংলৈনি। লাইগী নোংদম্মা ঐনা ঙম্বা থোক তিমেন তাখুন চীনগানা, ঈঙাং-ঈমু পাক্তেনা অথোবা নঙনা খোঙশানবা ঐগী মিৎনা য়েংনীংদে। অথোবা নঙগী কংলা মাঙদা তারিবা থৌতু নুংজাউ অসি হেক্তা থাংনসি; ঈতানদবনা কৈ।

**চীংজেং**—ঐগীদি ইথোঙদা অথোবা নঙনা লাক্লবনিনা অপাম পামদ নাইকদে, কৈ ত্তৌনসি। নঙনা অরাকপনি, হাম্না থাঙ্গৎলু।

লাল্লোয় মখদাং চীক, মথোঙ লৈথীন্না পাম্বোম শিংলি কাকল্লরবা অনীনা নুংফক্লক্লে, থাঙ্গৎলক্লে, খ্বাং য়ৌরে থম্লে। চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা অমুক থাঙ্গৎলে, মথবাক য়ৌরে। লানবানা অমুক থাঙ্গৎলে মকোক য়ৌরে, থম্লে। চীংজেং পায়ছুনা লং, থবাক লোংনা ওক্লে। লানবা শক্লক অমা রাংনা হুন, থবাক লেংওক্লরে। চীংজেং নুংশোয়নরক্লে লানবা চিংনা য়েং হায়রকই।

**চীংজেং**—অথোবা নঙবু কনানো শক্লোৎলগনু। খয়ুম কনানা লান-গ্রেম্নবনো? মালং ঙঙবা কনানা নুংহুল আসাদ চীংজেং ঐ নত্তনা ঙক্ষম লৈতে। পায়মা কারি খল, তাহবং করি নোং-দমগে থৌরাংবনো হায়য়ু।

**লাল্লোই**—ইপা, ঐ কংলৈ কোইখা লাইনি। নঙনা পোকপদি কংলৈ-সিগী নত্তে, ঐনা লেমহায় হায়বনদি থাজরোই লানশীংবনি। কংলৈসিদি ঐগীনি। নঙ্গীদি লোইবী চীংলোন রাংমদা অতাবা

কোয়ৌনা তম্বা লম, নীঙ্খোম্নকপা চারোনগী লৈতান লমখৈ লময়াৎলুচো। চৎলো চেংলৈ নশাগেগী রাকুনু, কংলৈ ওঙবা শাগৈ পূন্নমক মৈতৈ মানা চুপ মৈতৈ মিঙ্খেনরবনি। খল্লুরম্নু ঈরান ঈতোপ লৈনা লৈররোই। মতম মাগী পূক্নীংনি। পোম্বা ঐনা ফংলে, চঙনা হল্লকপা য়াররোই।

চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা মিৎলু পিরাং চেল, কংলৈ মাগী পোকফম লৈনা অমুক্কং য়েং, নোংচুপ পাংনা হুল্লক্লে। ভারা চীংজেং য়েৎওইনা ভাপ্রুম চীংজেং চীংলান্না, কংলৈ মাবু পনগোয়বা লোইবী চীংলোন চোংলান্না কংলৈ লমখৈ ওংবা লম জীরি উন্নুংদা তারুরে। ময়াং কয়া কয়ানা জীরি উথি উয়ানবা থেংনরে, হায়রকই।

চীংজেং—চীংজেং ঐগী পম্নুং চঙ পামেল উয়াল্লিবা করিগীনো ?

ময়াং—অসিদি ময়াং ঐখোয়গী ইরম্নি ; তমবা নঙবু কনানো ?

অদুদি লাইগী রায়েল য়েংনবা তারে ; উচিংনরসি শী নরে ; উচিংনরক্লে। ময়াং ময়ান্না নাকল অমা ওই, চীংজেং মরোমদোম্না নামা তা উচিংনরকপদা চীংজেংনা শ্রো শ্রো লাকুনা চিংলক্লে। ময়াং ময়াম্না নঙ্গী লম্নি য়ারে। অদু নোংদগী জীরি কাঙ্গৎ কারে। নারলবা ময়াংশিংগী মথক্তা পাল্লে। মতিক্কা মঙান্না নোংমনোং খুঞ্জাউ লৈচাউরক্লে ; ময়াং চম্নু ভাইওইনা মপারী মমোম শীংনাইদনা শাৎ, খুৎকন পাঙ্গম্না পান, পুলি পনথুংনরকদোরে পাঙ্গনবা।

ইপান ফৈ হরাউকদে; ইপান ফত্তে রাফদে। উদবা খুশিল অমনা মালেম লায়ুম মথক্তা তাইবং পো শীন শান্নবনি। চীংজেং নারল পাঙ্গনবা পানাইদবা পাঙ্গম্নি, ময়ূমদা খোঙফম লৈব্রা! মীরমদা মদোম চৎপনি, চাক্তোন-ফিদোন পানব্রা? থোরোয়নবা পুন্সিগী থোওং মানা মাঙদা চিং, মীওইবা মানা হৈনা তুংইঞ্জবা নত্রা? অমস্বা লম্নাইদবা পুন্সিনি।

৫

চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবগী মপুন্সি পনথুংডমদাইনি। হৌজিক্তি মাগী থৌদাং লোইরে, মথৌ লৈত্রে। পাঙ্গন, লন, মিংচৎ, হৌজিক্তি মঙাল শিথরক্লে। পাঙ্গনবগী মিংথকনিংঙাই লৈরিব্রা! লৈত্রে। মাগী লোই-রমদাইগী মিৎনা পোৎসম অমা থিবক্লে, উদ্রে, পোলোইরমদাইগী থম্মোইনা পোৎলম অমা থৌরাংলক্লে, ফংদ্রে। নোংপোক মায়কৈ মায় ওন্না, মিৎলু পিরাং ঈচেন্না লোন্নাইদবা থম্মোইনা কপ্লক্লে।

মপাগী অরাবা উবদা মপারী ওইবশিংনা পাউহংলক্লে।

মপারী—পম্ভৌ অপোকপা নহাকপু নপারী নমোম ঐখোয়না করি য়োনবা লৈহনা ইপানা পায়মা নুংজে বনো? করি নীংথুংদবা লৈহনা পায়মা নুংঙিকপনো? কোলোয়বীয়ুবা ঐখোয়দা ঐখোয় পাঙ্গল লোইনা চাউরে, পম্ভৌনা ঈংনা নোঙ্গানিংঙাই য়েংজগে। পাঙ্গনবা মপারী মমোম চিংনা য়েং, নীংঙমদবা থম্মোইনুংগী মৈচাক অহীক্লা পাউখুম্লকই।

নোংপোক চীংগী চীংরাংমা
লোইবী পনখোং ওঙবলম
পম্হৌ খুনাম খুরোইফম
পলেম খোঙথাং খোঙলোইকম
কোলোয় মাগী কংলৈপুং
নীংশিংহ্নুনা কপ্পনি।
আ কপ্পনিও—দে।

লম্নেল মাগী হু দা তম
পলেম মাগী তমদা হৌ
পলেম পম্হৌ খোঙলোয় এই
নারা মংলান মঙনফম
কোলোয় মাগী কংলৈপুং
নীংশিংহ্নুনা কপ্পনি
আ কপ্পনিও-- দে।

ন'রম মাগীনা পূকয়ে'ক্লা
লাইজ মাগীনা ঈহাপ্পা
ম'লং মগীনা নিংশানা
চীংজেং পাঙ্গল চাউবলম
কোলোয় মাগী কংলৈপুং
নীংশিংহ্নুনা কপ্পনি
আ কপ্পনিও—দে।

পোকপনা মাগী পীবুক্নুং
চাউবনা মাগী তম্পাকথক
পলেম শরাং শায়োনবী
খোল্লাং খোংমইন তমখিব
কোলোয় মাগী কংলৈপুং
নীংশিংহনা কপ্পনি
আ কপ্পনিও—দে।

চীংজেং-নারল পাঙ্গনবা হাক্লা হাক্লা কপ্লক্রে।

মপারী—পন্থৌ মপোকপা নহাকপু, ক বগী শিথম্নানি! নপাগী এইবা ঐখোয়না পন্থৌ নওবু পায়মা নঙ্গীনা খৌরাংলম চীংগী পল্লোল কানজেংনা থিনগনি। পাথম! হুংজেংলুবম্নু।

অদু তারগা হেন্না হেন্না কপ্লক্রে চীং জেং।

চীংজেং—ইপারী ইমোম অপূম্বা, খবুম নোংদম থীবনা ইপাদি চঙনা চঙবদি য়'দ্রে। ইপ গী নোংচুপ মায়কৈ ফাৎপা পাঙ্গন্না নোংপোক মায়কৈদি পান্থংলাম্লে। লম্ফংনবা পাঙ্গন্নি, অদুবু ইপাগীদি নোংদম থীনঙাই লম্মাংনি ঙাই ওইখরে। ইপানা খমনুং শরা তান অমং য়াথোং কুম্নবা তুং ইপাগী লোয়নরকপা খোয়রী লিক্লাং অসিদদি পলেম কংলৈপুং মাগীনি, নখোয়না থিল্লুকো।

অসি হায়না হায়না চীংজেং-নারল-পাঙ্গনবা অরোয়বা তুমখুন তানখ্রে।

পাঙ্গনবা, কোরৌ নোংমদোন থক্তগী লৈচিল ফীরুক হাং পেল্লা য়েংভু পোক্লকম নঙ্গী লমদম খৌরাংবা !

৬

পাঙ্গনবগী খোয়রী লিন্সাং লাক্লে, পানগী পল্লোন লান হুংগী পনখোং থুংলে, খোঙ্গাপ লান্সিনবা ঈকাইরে। মাবু নঙ্গোনরকপা মচাশিং তুংল্লে। মখোয় ভন্নমক চীয়া কেইগা নল ঈটিক লং, তুমখুল হুন্থনা তুমখরে।

তাল্লক অসিদা খোয়রী লিন্সাংনা তল্লা খোংনাং পাম্বী ওই, লৈচিন নোংলোন থিনফাওনা তৌগৎখরে। চীংজেং মাগী পোক্লকম মমিৎ পেল্লা য়েংলক্লে, হুংগাইজবে, পেল্লে, মালং ঈপোম ঈরোয়না হাইনা হুম্না মুঙ্গাউনা, মাগী পোক্লফম লমদমগী নীংথিজবা চুপ্লক্লে মমিৎনা।

মচাশিংনা মিকপ থোক্লকপদা মপাগী খোয়রী লিন্সাংনা তম্খাই অমা খোংনাং ওই, তম্খাই অমনা মালং ফোরোয় ইন লৈবা উরে। মপা নীংলবা মচাশিংনা মপানা লৈগে নীংলে উরে। মপা শগুহুনা লৈরে, খুনশেমহুনা খুনবাল্লে। চীংজেং নারল-পাঙ্গনবগী মচাশিংনা মপোৎ শগুকম্নি খুঙ্গং অসিবু পোৎশংবম খোংনাং হায়না কৌনখ্রে।

হল্লকখি অসুম চীংজেং-নায়ল পাঙ্গনবা। হায়নখিবা ন্নাফম কায়-ফদে খল, অথৌবা কংলা খোঙফম তানখিদ্রে, লাপ্পা পামেন খোংনাং উ ওইনা মমিৎ পেম্না য়েংজখি মাগী—

পলেম মুংশি মরমদম
পম্মৌ খোংজি খুনামকম
পলেম শন্নাং য়াকুমকম
চীংজেং মাগী য় থোকপূং
কোলোয় মাগী কংলৈপূং

খোংনাং অসে হৌজিকশু লৈ। মাবু পোৎশংবম খোংনাং কোলোয়নৈ। মাগী মনা লৈয়েং লীশীংনা খোম্মাইদবা মরোন্না শোৎঞ্জে পামেল মাগী পাইমন্নুং।

হল্লক্লে ইমা নচা ঐ
পলেম নঙ্গী তম্বাক তম!
ন্না রুরেদকো নচা ঐ
কংলরোইদ্রা নঙ্গী তম!

করিগুম্বদসু খোংনাংনা মুংঙাইবনা মুঙ্গাউনা মালং মনিংশা হোন্দুনা মনা লৈয়েং লীশীংনা খচ্চে "ন্নায়—ন্নায়—ন্নায়" পলেম কায়নবা "ন্নায়—ন্নায়—ন্নায়"।

নাকোং অচৎ অথোক করম্বা, মিৎলম অকা-অকুম কনাগী ঈংদ-নিংঙাই লৈ!

---

# ঙাঙোম-ফূরা

য়াইফৈ থোইনা হৱাউফদে, ৱাইদা থোইনা ৱাকদে; অকা-অকূম মালং মাগী মালংচৎনি। মাসি মীওইবা ঐখোয়গীদা নত্তে। মালং মাঙোন্দা ওঙ মতম মাগী খোঙলোয় ৎুই লাক্লিবা চৎলম-লেপ্লম পূল্লমক্কীনি। মাসিদগী কনামতা করিমতা নাম্থোক্লি ঙাই লৈতে। অৱা-লুংঙাই অনীনা মালংনৈ মালেম মাবু মালং কৌবা নত্রা!

লম্মাংদোং কংলৈ স্ম পূংদা নীং'থববা লমদম অমনি। লাইমতোন চীংজাউনা চাউদম-ৱাংদম শেল ঈৱাউখোল্লোব ঈচেনবা থোংজাউরোক কৌবা ভুরেম্না শৈরাং থোগল পু চোংথ চীংশাং তাঙবম্না লোক্তোক ঈচিল ঈওক্না চীংয়া ঙানা তা তময়া শাংনা চিপ ঈংনা নৌনা মিৎলম খুদিং হুবা লম্নি। থাবদনা মৱাচ্চহৌবা নীংথিবদনা মহেগুখিবা লমদানি

লমদমসে। চৈজিংবমক্কী তেংথা লোনখম্নবা লমংঙেনি। তেংথা শৈদমদবা খোর্জৈজনদি কম্বি তৌনিংঙাই লৈকনি! শৈদারিবশিংগী রাখল-লংজিল ওইনঙাই শম্না অসি মইথদংদি তেংথাক্তবা ঙমব্রা—

লমনা লমমন্থ শি
চিংদা চিংমন্থ শি
পাওা পাংমন্থ শি —
লংখং-লোংখংলম শুবলম,
চাউবে যেংলে নুংচেংলম
কূপথেং যেংসে ভুজুংলম
লোইবদা পন্না, শুদ্রবলম
কেংলোয মাগী লম্মাংলোং
কংলৈ-চিঙ্গায়-তম্ফানি
আ তম্ফানিও—দে!

মাসি নোংমা কোন্নং ওইরম্মি। মাদু হৌজিক্কি কাউনখরে। করিগীশু কাউদনিংঙাই লৈ। অরিবনা তুংদা থম অনৌবনা মাঙদা থা হরাউ কৈরেং ঈশৈ শক মতম মাগা খোঙলোয়না চেম্বা তাইবং-পুন্সি-ঈচেন্নি। করিগী নীংশংঙুগনি! মতমগা কুইত্রে, নীংশংনিংঙাই পোৎলমনগা তাঙলে—তাঙবদা নত্তে—পূম্নে লৈতবগা অম্বা ওইরে। কাউজন-থৌবনা উনা উনা কাউনরিবা মালংনি। হৌজিক অহুক লৈরিবা হায়বমক্তবু ফূরা অমত্তংদদি নারক্তা নাথুপ্নরিব্রা অদু মঙাররে। মাসিগু মাংথিনা মুংঙাইনা লৈত্রবানিনা মিৎলম কনানা মিত্তারুবা লৈত্রে।

ফূন্না অসে অচম্বা নন্তে। নিংথৌ অমনা—মিংনাইদা মিংনাইখ্রবা মৈতৈ নিংথৌ অমনা—লাই অমগী—অচম্বা লাই নন্তে, কোক্লম পূম্বা নোনবা লাইনি—শাখিবনি। নোংমদা নিপাল্লক পূংগা শেনগা য়ৈত্তুনা মীতিন্নরম্বা ফূন্নানি। মাগী মনাক য়োবদি থমবূ থম্মো, মাগী শক্তা উবদা নোংদোন-থোংজাউ হাং লাইরুপ তিনগনি নীংনরম্বা ফূন্নানি। অত্তুবূ কদায় ঙসিদে! মীপূম অমত্তা উখিদ্রে, মিংলম অমত্তনা মাবূ হন্না য়েংঙখিদ্রে। অসিন্না মালং মাগী মালংচৎ!

ফূন্না অসি হৌজিক্তি য়েংবদা অন্নাবনি। নারক্তা ঈরোয়নবী কুমগাইনা লাইজা ঈশিং পাক্তেনা, মৈরোয়নবী কুমগাইনা লাইজা অমুক ঈচুপ্পা কুরোল তত্তনা থকহনা লাইমতোল তাবা মালংনা অন্না নিংশা মৈবা চিং শিসি কদায় শেঙমদা হিংসি কদায় হিংঙমদা ন্নানা লৈরবা ফূন্নানি।

মরায়-চায়রবা মী লৈনা লৈনাইদে। অত্তুনা মালং ঙঙনা ঙঙনাইদে। কন্নিনা! মশানগুম মীরমদা তিন্না তিল্লুদে, মীরম্নেন্নগুম মাবূ কোম্না কোল্লুদে। অত্তুনা তংনৈ, লাপ্পৈ, হেক্তা মকাউনৈ।

হাইথরক্লবা মীগী অন্নাবা য়েংবা ঙম্লিংঙাই ঙইদে। অখঙ-অউ কয়া কয়ানা শৈরেং চামা থোক্লা শরুখরবনি। ঙসি ঐখোয়গুম অমুক শক্লি।

য়াইফ মরায় চান্নকপা

থাবা ঙমদে অন্নাবা;

মশক নাইনা শক্লাইদে
মমিং লৈনা মিংনাইদে—
অরাবনি অরাবা !

খোঙ্গুল লৈনা খোঙমুংনৈ
মরুপ লৈনা মদোম্লৈ—
অরাবনি অরাবা !

মচা পোক্লা চারৈবে
মমোম লৈনা মোম্নাইদে ;
শানৌ লৈনা পাগ্রানৈ
মরাল লৈনা লমওংনৈ —
অরাবনি অরাবা !

মালেম মীনোক্লফম্লি
ডাইবং ডুহংনফম্লি—
অরাবনি অরাবা !

পস্তৌ লৈনা লমজানৈ
পলেম কোম্না শাম্লানৈ ;
অরাবনি হাইথ্রকপা
হাওতি হাওতি তোনথ্রকপা—
অরাবনি অরাবা !

... ... ...

কুব্রা অসি থাদনগী রাগী কয়াগী মওনি। মওচল্লিবা রাগীশিং অসিদা মৈতৈ ঐখোয়গী নাপান্নবাহ ওইবা কয়া কয়া য়াওর—

ঙাসদগীদি চহী চামঙাগী অরুবাহানি। নিংথৌখোম্বনা মৈতৈ কম্বাল লাং থেংনহৌদুনা ভাংবল-নাকপা য়া পানবা মতাম্না। মৈদিঙগু অসি নিংথৌ তম্ফা-লক্পা নুংঙাই-লৈবা তম্ফানি; লৈমা অসিগু লৈমা ঙাঙোয় লক্পা তম্ফা খিনবী ঙাঙোয়নি। লৈমা নিংথৌ অনৌসিগী মিংফমসি সনা-পুযা ভ্রম্ভাহান, মৈতৈ ঐখোয়গী নপ্পা শংঙাইহনে। মাংলমচৎনা মখোয়বু শৈশক চুংঙ ইনজবা নাপন্নজবা লৈমা-নিংথৌনি অনৌসে।

নিংথৌ মাগীদি নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ কনাগুম্বা অমনা নিংথৌ লেনচং খরদদবু চৎলবদা মিংন ইনানবাহ লৈত্রবা মতাম্না। 'য়াম্বা মনীং পায়না ঈনখৎলু মনাও লুশম লাক্পা চৎবনি' পাউরো চীঙ্গোয়নবা, মরোল খোম্নদানবা নীংরোল্নি কব কবম্না কংলা মরা তা লৈবাক্লা লৈতা হুদানা পানগদগে খল তমবুশি না মপাঙ্গম্না, মথৌনা মরিং-জেন্না অমাদ লৈপাল্লে ম্না মাল্লং পোনচৎ ইন ফুরুপ দোম পাল্লমচৎ নাইত্তোম নাইতেম নীংদম-পানবা চাংরুশংদু লে লেং অমমম কোন-শিল্লকপা মতম্নি। অচুনাদ লৈবাক লৈতাপ লম উনব নিংখেংখোমগুম্বা নিংথৌনা করি ফাওগনি ঙাই লৈ! অহুনা মাগী রাদ থমবু থম্লসি। লৈমা লিম্বোহইওম্বীগী তেংথারে নুন শাক্সি।

লৈমা লিম্বোহইওম্বা লৈমবোল চাউনলিংঙাইনি; মৈতৈ চন্নুশিংগী লেমজানিংঙাইনি। কংলৈ সনাপুযনা ঙাক্লবা মহাক্কুম্বী লৈমগী কোলোয়

মিংজল্লবমনি লৈমা অসি লৌশিংদা থেংলে য়াত্তবী শিংজেন্দা য়েংলে তাদবী, খৌনাদা য়েংলে নোপ্তনী, খোগায় নরমদা য়েংলে শোয়দবী বংলৈ সনাপুংশী তাওনা পোক্লবী মমোম্নি।

অক্লা হাও ভাওরে। নিংথৌখোম্বা লৈমা লিম্হোইভম্বীদা লৈবাক শিন্নরম তেঙ্গোল পুত্না লানচংখ্রে। মহাক্লা অক্লা লান চংখিবা পাউ তাবদা অরাং হাওশিংনা কংলৈ মপু লৈত্রিতৈ লাম্হোক কোকখোম-হৌরুসি, ফিখোম চাকখোমহৌরুসি লান্তাররক্লে।

অহিং অথেংবনি। কংলা হাওনা কোয়খ্রে। হাওরাউখোল্লা কোন্নুং থকয়েনা ফূদোরকপা মনিম্না লৈবাক অকোয়বদা য়ে লৈবাক মীকপ থকথোক্লা করিনো করিনো লাউনরক্লে। ঈভেল ঈকায়রক লাইজা ঈরাউখোল তা পুক্নীং তথক লপত্রে হাই 'লৈবাক থকায়নবগুম মৈত্রবাক কাংখোং চাইনরে। অহিং অথেংবগা ওইশিল্লে, নিংথৌনগা লৈত্রে ; হাওরাউখোন্নগা ঈরাইশিল্লকপগুম নিন্সিল্লক্লে লৈবাক থক থক নীক্লরে।

লৈমা ভহাক মুংবংনৈ। অথৌবী, লৌশিং-ফবী, খোগায় খভবী মুপীনি। কয়া কুইনবু মুংবংনগনি ! শাগোম্নবা মনাই তম্বা থা লোয়শঙ লাকপা লোইনা তনকৌ কৌরে।

শঙলাকপা, হঞ্জবা পুন্নমক উরবদা লৈমনা করিমত্তা অথুকপা লৈতনা হায়রকই।

লৈমা—অঙম্বা পুন্নমক, তাবিসি ! অহিং মতম্নগা ওইশিল্লে, লৈবাক খোম্বনগা য়ারোইদোরে, কোন্নুং শেল্লিবা কাঙবুসি.নদিংহাও পাবঞা

থৌনাদা রাজ্রবগু মীশীংদদি খরদং নোপ্পা তারে। নোংভানবা ভাইনবগু য়ারোইদৌরি। অতুনা লৌশিংনা ঐ হাও কাগে নীংলে। অওম্বা পূম্নমক নিংথৌ থৌগলগী হৌনবা ফিরোয়-ফিভাম হোং-বিরো। ঐনা নিংথৌ ফিরোয় শেৎ নিংথৌ শা থোক্লগে। অহিং মপাল লাং ওইবা য়াগনি। হাওশিং অসি নিংথৌ লৈতে লাকপনি। লৈ হায়বা খঙলবদি মরাইনা হু হঞ্জগনি... ... ... ...
কৃরিগুম্বা থবক্না মতা চাম্রবগু ঐনা লাম্লোয়গনি; মখোয়নবু করি তৌজগবনো! তৌবদদি লানপোংৎ গুনা থোকপা চুম্মি! কোন্নুং মনুংদা লৈম্লিবা থাঙ তাদবু পায়বা ভম্লবদি মুপী নীপা খাক্তনা ঐগী হৈনা ভুংইনবীবা পাম্মি। লোইবীরো।

অসি হায়রম্লগা লৈমা নিংথৌ ফিরোয় হোংখরে। অওম্বা পূম্নমক লোইরে। কোন্নুং মনুংদা লৈবা থাঙ তাদবু হেক পায়বা ওম্বা পূম্নমক লোইনা থাঙ্গোল তাগোম্নবা লোইনখ্রে।

লৈমা লেঙথোক্লে। পূং-শেল য়েরে, লময়ীন পেনা খোংলে, খময়ীন চোংলেন থাম্লে। কংলা য়াইবুং য়েহুনা লাউনরক্লে—

নিংথৌরেল য়াইফরেল য়াইকবা
ভুবি নিংথৌখোম্বা
হুয়েল লাম্ফেংফবা
চীংবু লালোইথাবা
লাইগুম মতীক চাউবা
সনা খোঙদোই হুমক্লে ... ...

কংলা খোঙজাউ গ্রোং গ্রোং হাংলক্লে। মৈরাগা মৈরাগা পূমভাল ভাল্লে। ময়ায়দা নিংথৌনা পুন্নং লংনা লেপ্লে। হাওয়াম পূমগুক ওক্লরে।

মখোয়না ওক্লভাই খোঙ্গুল ভাগ্রিভৈ লৈমা লিস্থোইওম্বী মখোল অনপোঙ পোঙখোক নিংথৌ খোনকম শা লাউরক্লে।

লৈমা—হায় হায় অরাং ইভাইশা ! ঙসি কৌবা নোং নখোয়না অখেংবদা অমগুম্নকপবু চেংরাং-থুমরাং করি লৈবগে ? চরৈ ফিরাংলত্রা নিংথৌ ঐ লৈনা। নখোয় কুন অমা কুম্থ্রা অমা লাক্লগা লোইর-বদা করিগী খুঙ্গোলোহুনা লাক্লিবা ? নখোয়গী ওক য়েল কনানা য়েংবীগনি ? অহুবু লাক্লবনিনা করে। নিংথৌ ঐনা কোল্লিবা ইচা ওইহুনা লৈবা নখোয়না করিগী চাক্লং ফিনং পাল্লুগদগে ? অসি হায়রল্লগা মনাইশিংদা তনওন ওন্সিন্দুনা লাউরকই।

হায় হায় পুকৈ মচাশা ! থুরো, চেং-হরাই, ঙা-থুম মরাং কায়না কংলা মাঙদা হৈয়্। ইভাইশিং মবুক লাম্নব্লিগনি, মনীং থুংনা, মবুক থল্লা পীজো।

অহুদগী অমুক হাওরোমদা তনওন ওন্সিন্দুনা হায়রকই।

ইভাইশা ! ঐদি হায়ররোই মতৌরবনি অহুবু ভাই মশেল পুক্তা রারোৎ-রাফুম্নবসি কত্তে, মহায়রগে। ঐ হন্দক্তি ইবুক খরদং মুংশি। ঐদি নখোয় অক্লা লানপাংবা লাকত্রা নীংবনি, অহুবু নখোয়দি অমত্তগু লাকত্রে। লাকত্রবগু কৈদৌনি ! অক্লানবু করি তৌজগনি নোংমগী

লান্দা হেক মরোইবস্থ মঙাই। মতুংদি অহুম খক তৌফদে। হান্নখিবা রা শোয়নফদে। ইপা ইপুনা য়ারোই। য়েংঙু ঐদি নখোয় লাক্লে তাবদা অহিংফাও খিদনা নখোয় খাইবু চাকওক্লিবসিনি।

লাম্তারকপা হাওশিং অহু নিংথৌ উবদা ইথুক থুকংলে। অহুগী মথক্তা মখোয়নদি মবুক মাংনা লাক, নিংথৌনদি তরাম তরাম তৌরম ঈকাইবা অমা পোক মুংবংনরে। অহুদগী অমুকস্থ মখোয়গী অশোয়বা অমগু পুথোরক্লে, মখোয় লৈফম খঙদ্রে। মখোয়গী ময়ক্তগী নিংথৌ অমনা ঈকাইখাঙ ওইনা থুম্নকই।

হাও-মিংথৌ—মৈতে নিংথৌ ইনিংথৌ! ননাই ঐখোয় রাশোয়রে…।

লৈমা—মতুংদদি তৌফদে। হৌজিক্তি রায়রিগনি চা-থক্লো, হয়েং
নোংঙাল্লগা অমুক রা অতে ঙাঙনসি।
লৈমা অসি হায়হুনা হাওবুক ফারম্লগা মহুং চংগ্রে।
হাওয়াম কংলা মমাঙদা চাক-ঈশিং থোং চারে।

হাওয়াম্মা চাক ঈশিং চা-থকপা লোইরকপা অহুরাই চপচানা লৈমনা কালৈ, হিদাকমনা ময়ায় কল্লবা থাদোক্লে। চাকা চাশিল্লে, অহুদগী হিদাকমনাগা উমশিল্লে, হাও পুম্নমক কোবোম তাবগুম তানরক্লে। লমশাঙ লাকপগী রাবগা পাখিহুনা তুমথুল হুম্বনা য়াইউংননা তুম্নগ্রে।

তাঞ্জা অসিদা লান্মী লোইশঙ থাদোকহুনা হাওশীং য়েনা মথুং তুংবুম্নরে, হুইগং লোইনা থাংলে কৈস্থম-শঙদা চল্লে।

লৈমা লিম্থোইঙম্বীগী থৌনা লৌশিং উবদা মৈতৈ নিপা মুপী পুন্নমক্না মাবু শৈশক্না হন্নাউ মুংঙাইনথি।

মৈতৈ-চনু ওইবীশিংগী কয়াদা লেমজনিংঙাই ওইখন্নবী মৈতৈ ঐখোয়গী লৈমনো !

অসিনা লোইন্নব্রা ! লোইদে। লৈমা লিম্থোইঙম্বী তাঙদা তাঙবী মৈতৈ চনুনি। কোন্নৌ মানা লেমজবা মঙাল মপাল লাংবনা নক্রা ! মৈদিঙঙু নিংথৌখোম্বনা লেমজবা লৈমা মানা তাংবল-নাপ্পা য়াবননি।

মতম অহুন্নাইদো শা-লান কনবা মতম্নি। কংলৈ-কোইবা নিংথৌ অমত্তা কোন্নুংদা তন্নানি কুন্নিদা শুনা পোথানিংঙাই লৈতে। মখোয়গীদি লালোয়নবা পুন্সিনি ; চীংবু তমবু অনীগী লাম্লেল লানঙাক্তা পুন্সি অহুম মকোন্নখিবা ঙাক্নি।

নোংমা নিংথৌখোম্বনা চীং মায়'গ অমদা লানচংখ্রিবৈঙদা অকনবা অন্নাবা'মনা কংলৈ নাকওইনন্নে। অমন্নোমদগী হাওন্নাল লাক্লে। কল্লি, ঙাওই হায়নবা কোংয়াং খোংজাই হায়বহুগী লাম্নি। মৈত্রবাক হায় হায় লাওনন্নে। লৈমা লিম্থোইঙম্বী ককচিনবা থম্মোই নত্তে। শাপোৎ লানপোৎ তম্থোল থোল, য়াঙ্গোই শয়াং তম্না নেৎ ভিমেন তাবাক চেৎপায়না থাঙলেন খ্বাংদা ওঙ্গৈয়ান্না কূদোরক লাউরক্লে।

লৈমা—মৈতৈ ইপাচাশা ! মবুংঙো লৈতে কন্নি ন্নায় ! মন্নেং পুবী ঐ লৈন্নি ! ঙসিদি ঐ লালোয় হুজবনি। চীংবুনা ঐখোন্নবু

কর্রি তৌজনিংঙাই লৈ! চাকী-য়ুগী মমল ঙহাক ঙাওঙবদনি। চীংবু মানা মচানি। তম্বু মানা মপানি। মচা ওইবনা লজ্জোন্নগা মপা ওইবনা কিনিংঙাই ওইত্রা! লাউ থোরকউ, এৗনা ইখূৎ-মক্লা ঙসি কোংয়াং-নিংথৌ ফাহ্নুনা পীগনি।

অসিদা কনা থৌদনিংঙাই লৈ! মৈতৈ নিপা লোইনা মথৌ শঙলে। মথোয় পূন্নমক শাপোৎ লানপোৎকা গ্রোং ফূদোরক্লে।

অকনবা লাল হৌরে। অমরোমদগী কোংয়াং নিংথৌনা তাবাক চেৎপায়না লালোয়হ্নুনা খোংজাই কমথী থাংলোয়নবা, তিমেন তাবাক চেৎপায়নবা ময়াম্না পূম্মু মুনা মায়গৈ পূম্নম মন্না কূজিন্নক্লে। ফিমুনবা খোংজাই তেঙ্গোন্নি। মাথোয়গী লংলবা তাবাক তাদোম্না মুমিৎ মশেক লাং ঈরং-ঈরং লংলকপা অহ্নুদি খপকুপ-নোংথাং-খোংলোয়নবা খোক্‌ূৎ নেমফুইননা হৌরকপা নোং মাগী পাংখক্লি। অমরোমদগীনা নিংথৌ ফিরোয়নবী লৈমা লিম্হোইঙম্বীনা য়াঙ্গোই শায়াং নেৎ তিমেন তাবাক চেৎপায়না লালাউ ফূইনা লাউ লালোয়নবা মৈতৈ ফিমুনা চুংগা তাগা থাঙ্গা চুঙ্গোইগা কূজিন্নক লালওকখ্রে।

য়ান্নরে, থিন্নরে, ঈনা লোখোং চেল্লে, মীশা তাউরে, মীকোক ওল্লে। অকিবা লানকন্নি। লান্নক অসিদা লৈমা লিম্হোইঙম্বী মমাঙদা তাবা অপূম্বা তানা ফাওরেং-ফাওরেং লেং কোংয়াং নিংথৌ তমশিন্নক্লে। কোংয়াং নিংথৌ মহাকস্থ লৈমা মাবু উ কূজিন্নক্লে; অনী মায়োক্লখ্রে। হাওয়াম্না মনিংথৌ কনগে কূজিন্নকই; মৈতৈ ময়াম্না মবেম্মা কনগে

কূজিল্লকই। লাম্বা হায়বা লৈত্রে, অকং অকংবা থিন্নরে, য়ান্নরে। তাঙজা থাঙজানরে হায়রগা হেন্না হেন্না লাকচৈদা কনশিন্নরক্লে। অঙকপনি লালোয়গী থৌনা!

কোংয়াং-নিংথৌ কন্দ-হৈতবা নত্তে। কনা কুইনা লৈমনা হেঙ্জিনবা ঙমদে। অমনা লৈদা, অমনা য়াঙ্গোই লাপ্পাবা থক্তা, কয়া কুইনা পাননিংঙাই ওই! লৈমনা তারোন তন্নম নম চঙফানগে নীংবনা কোংয়াং নিংথৌগী য়েৎকী ফৈবোম তাজিল তারেং তমথরে। কোংয়াং নিংথৌ তুরে; লৈমা লালঙম লালাউ লাউরে। হাও কায়হুনা চেল্লে; মৈতৈ তেঙ্গোন্না খুবোম তারেং তম চঙফা ফারে।

হৌজিক্তি লাল লোইরে। লানকা পূন্নমক শঙজল্লে। পূংগা শেলগা য়ৈ মুংঙাই চাকহোঙ-চেঙহোঙনা মবুঙো লালহল্লকপা ঙাইরে।

মবুঙোনা লালহল্লক্লবদা লানকম অনীগী লানকা কংলে। খনবদা মুংঙাইত্রা! অসিগুম্বী মমোম পোকখিবী কংলৈ ঐখোয়গী সনাপূংনিদো! লৈমা লিম্বোইঙম্বীগী খোয়জি-নাপ্পা য়াল শাংখিবা কনাগুম্বা য়াইফরেল য়াইকবা য়াওব্রা? য়াওই, মৈদিঙঙু কিয়াম্বনি। মমা লৈমগী খুজোক অমা, মপা নিংথৌগী খুজোক অমা খুজোক অনীনা পুন কিয়াম্বা নিংথৌ লৈতেং ওইনখি। কংলৈ সনাপূংদদা ঙানবা নত্তনা কংলৈ মাগী পল্লোল লাল মঙান্না থাগী থাত্রং য়ৌখি। পোং নিংথৌ কিথোম্বা নিংথৌ মাবু ঙাইওইনজখি।

অনী অসে চাৎনৈ, মুংশিনৈ, ফমফম তিনৈ। লাম্না পাবা মতমদা তত্তনা উনৈ, মুংঙাইমিন্নৈ। অদুনা মিংফম অনী পুন্না অশৈবনা শৈশক্লে—

মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা
পোং-নিংথৌ কিথোম্বা
য়ারৌ শাতম শাজুম্বা
হুয়েল লান্দম লানচুম্বা

... ... ... ...

ঙাই নিংথৌ অনী অসিগী লম মায়গৈ অমদা তুমু খম্পাৎনা থৎলি। অনীগী মথয়ায় মুংঙাইত্রে। মবানী লৌতুনদুনা খম্পাৎ লান্তারে। কিয়াম্বা কিথোম্বগুম্বা নিংথৌ অনী পুন্দুনা লৈবাক অমদা লান্তাবদা মতম অদুদদি ঙমদনিংঙাই করিমত্তা লৈতে। অদুনা নোংমগী লানফমদা মখোয় অনীনা তুমু খম্পাৎ লায়না লোইচল্লে। হৌজিক্তি মরুপ অনী মুংঙাইমিন্নরে। চাকচা হৈজ্জামিন্নরে। খম্পাৎ তথ্বাই য়েন্নরে। লানগী পোৎখোম-চৈখোম, লানফা তথ্বাই তারে। অদুগী থক্তা পোং-নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা মরম্নাই ওইনা কাগোক সনা পূক্ষোনবা অমা খুদোল ত্তম্লে।

কাগোক অসি মরুপ মুংশিবগী খুদোল্লি মৈতৈ নিংথৌনা লুনা থমজৈ। নোংমা হাংদোকলুবদা কাগোক অসিগী মহুংদা সনা-পূক্ষোনবা লাইগী মিতম অমা থেংনরুরে।

মিতম অসি নীংথিজৈ, ফজৈ, পীক্লা শক্তম শুই। মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা করি লাইগী মিতম্নো হায়বদি খঙদে। মরুপ মুংশিবগী খূদোল পোৎলক্তা য়াওরম্বগা মিতম অতুগী শক্তম শুনা য়াৎপা অতুগা অপাম্বা মুংশিবা অমা পোক ঙহাক ঙহাক লৈতানা পায়ছনা নিংথৌনা শান্নে। মানা মিতম অতু মুন্না য়েংভি, হৈদা করম্বা খুৎহৈবনা শারিবনো অমুক থাগংলি; অমুক্তা করি লাইগী ওইরিগবা থল্লি। নোংমনোং মিতম অদো নিংথৌগী পূক্নীং খোয়দাবা পোৎলম অমা ওইরক্লে, চাবা-থকপা তূম্বা হিপ্পদা নিংথৌগী মনাক্তা, মখূত্তা ইরৈদা লৈরে। অচেৎপা মুংশিবা অমা নিংথৌদা পোক্লে। কারগী পোক্তনিংঙাই লৈ! মমিৎ-পানবনা শক্তম তাক খূৎহৈবনা খূৎফম পাল মিতম মানা পোকপনি। লীথুপ অহুম নাইবা থম্মোইনি। শারম্না শারমদা, মীরম্না মারমদা, লাইরম্না লাইরমদা পান্দনিংঙাই লৈরা!

শককোঙলগে নীংলে তাপ্পা মপাল লাং শকখঙদবা লাইদো। নিংথৌ হকচাং ঈ অনা শঙকূম্নে। লৈবাক মাইবা চিন্নাই তাংবা, নিংথৌ মাইবা খূরাই-তাংবা নিংথৌ লাইকন্নরে; অনাবাদি ফবা ঙমত্রে, নোমনোং কনশীল্লক্লে; লৈবাক ৱানরে। থয়ুম মপাউ তাসি লেপ্পা অমাইবী অমাইবা লাইথেংনরে; মাইবী লাইমাঙ ফম্লে, কাওরক্লে—

মৈতৈ নিংথৌ তাবরা করি মুংগী ৱারিবা!
শোন্নরে হীদাক মরম্না হিদাক ওইবা ঐলৈরে;
ঙমত্রে অমাই' কাওলুপ্পা অমাই' ওইবা ঐলৈরে;
থম্লে পুন্সি নখোঙচৎ পুন্সি ওইবা ঐলৈরে।

নিংথৌ নঙ্গা শারোয়না ওয়া থোইনা লৈরিবা
মিতম সনা পূমদারায় কাগোক মুংদা লৈরম্বা
মালেম কোইবা লাইগীনি নঙবূ কুগে লাক্লবা।
লাইজা ঈশিং ঈহৈনা হৈনা লৈনা লাইথেমজৌ
যঙোম ফূরাং ফূচোম্না লাইরুক লূকথোং লূকচঙ্গৌ।
লূকচঙ লাইথেম হৈবদে লংহিং থাংবা মীওংনে
কংলৈ নঙগী ময়োন্দা লোন্না থুপ্না লৈবনে।
হীদাক মরম চামনা নিংথৌ তিনংগোক লাইকোক্লোই
পাকঙ মরী শীনবনা নিংথৌ হকচাং শেংনরোই;
লংহিং থাংবা থিহুনা থুনা চাকহোঙ চেঙহোঙজৌ
পূন্সি নৌনা হাপ্পিগে ঈংনা শাংনা লৈপাজৌ।

মায়গৈ ওইনা পাকনবা
তিয়া ওইনা লাঙোনবা
মতম ওইনা শায়োনবা
মীরেল ওইনা শকয়াম্বা

কুবিহৈয়ে গুরু কৌ

মৈতৈ নঙনা নীংজবা
ঐদি মাগী শায়োরে
কোলোয় ঐগী বিষ্ণুনে।

খয়ুম মপাউ তাবদা লৈবাক নিংথৌ গুরুরে—মুংশু মুংঙাইনরে। থুনমক মায়গৈ মরীদা মীথাহুনা লংহিং-থাংবা থিনরক্রে। অসোমদনা বিষ্ণু ফুরা অমা থুনা শাগৎলে।

নোংমা নোংঙাল্লমদাইদা লংহিং-থাংবা মীওং অমা ভুরেল অচৌবগী হিদেল অমদা লাইজা খুঙ্গুম্না লাইগী মিঙ্গৈ শোনবা থেংনরে। মাবু থেংননিংঙাই হিদেল অদো বামন ঈরেল কোলোয়নৈ। মাবু পুরক্নে। অনৌবা ফূরা অদুদা বিষ্ণু লেংশিন্দুনা হৌনবী পূম্বা তৌরে। নিংথৌ অনা লাইকোক-তিনকোক্নুনা পুন্সি মুংশাংনা পাল্লে।

অদু নোংদা ফাওখিবা বিষ্ণু অদো মৈতৈ নিংথৌ খুম্থাং য়েনা শাগান্নরিবা বিষ্ণু অসিনি। লম্মাংদোংগী নারক্তা তান্না লৈরিবা ফূরা অসি বিষ্ণুগী লাইশংনি।

আঃ কয়াদা থৌনা ওনপ্রবা! নিংথৌগী খুম্থা ফূরা, লৈবাক্কী লাই বিষ্ণুগী লাইশঙ—অরাবনি—ঙসি ঙাঙোম-য়ূম্নাক য়ূমরাইনা ঙাঙোম-ফূরা হায়না খঙনরি। অসিরা মতম নঙ্গী খোঙচৎ, মালং নঙ্গী মালংচৎ।



# খোংনাং হোগায়বী।

মী তেংবান মপুনা মিতৈয় মী কৌই। মা পোকপা নুমিত্তা মপুনা নোককেং তৌজখি। "মালেম খুনবান লৈপান য়ারনি ; ঐগী তিক, ঙল, ঙাল পুবা ঙম্বা য়াওরে ; মালেম ইখুৎশেম নুংশাংবা তারে", হয়রাউ মোমোন-মোমোন নোক্কুনা মাগী তিক, ঙল, ঙাল শুনা খুবাম চাঙনা চাঙনা মী মঙোন্দা মহাক্না কুবিখি। অচুবু অঙকপনি মীওইবা। নঙনা কুবিহৈবা মাবু তনকাউ কাউথোকই, মাগী পোইরে য়েংনা চত্তুনা মালেম লৈহোঙ লৈচাউনা, লৈতানা পাম্লিংঙাই থোরাংব্রা হায়ববু ঐঃ হায়বা য়াথম্না মাঙওইনা লৈক্ফে হেক্তা মচৎলি নহাকসে। লৈক্ফেরুবদা নহাক্না শাথিবা পোলোই কয়াশু থেংনরে, অচুবু তম্না হেক্তা মকাউ-থোকই নহাক্না! ওস্থোরুশু কাউজন থী মীওইবা নহাকসে!

চানবীহৈবা মপুনি। তাইবং মানা লফৈরকপনা মাগী পূক্লীং রাখি। "করম লমজুমসিগে নহাকপো!" সোল চীং, নুং, উ কয়া খিল্লি, য়ুংঙি ; মখোয় মমায়দা য়েক্লাইদবা রারক-লাইরিক কয়া কয়া চীল্লাই-দবা খোর্জেনা ইত্থনা থম্মি মহাক্না। অন্নাবনি ! নাপল্লবা মালংপাল, নঙদি হন্না মক্তা য়েংঙুদে। ফনা রাংঙি তাইবং নঙগী নাপল !

তাইবং কনাগুম্বগী খুখা নুং, উ ফংলবা হন্না হন্না পাই ; লৈরোল চনখিবা ফাওবা থিত্থনা হন্দুনা পাই। করিনা ! মখোয়থু মীগী খুৎকয়ি ; মী নঙী নাপন্না মশরক অমা মাবা য়াই। মালং-নোংলম কোইবা নহাকী খুখা নুং, উদি পারুদে, পাগেশু নীংঙুদে। করিনা ! ঐ-য়াৎপা নহাকী ঐচম্নিংঙাইনি। পামুই তাইবং নঙনা লম্মুরুখিবা।

মপুগী খুখা উ মরক্তা শগোলবন্দগী লমখৈদা নম্মুল খোংবাল ওন্তবা উ, কোলোয় মাগী হোগায়বী শীংথানিংঙাই অমনি। খোংনাং মঙোন্দা ইরিবা ময়েক অহুমগী রারকলোন হো-গায়বী—মালেম মাগী য়াইফনিং-ঙাইদা খল্লবা মপুনা তাইবং ওইবা নহাকপু করি পাউতাক্কে তৌরিবা পাসি লাও !

চীন্নাইদবা খোর্জেগী য়েক্লাইদবা লাইরিক্তি। অন্থবু ময়েক কয়া লানা তারিবা—

১

ঙসিদগীদি চহী চনীয়াথৈ খরা কল্লে ; মৈতৈ কংলৈপূংদা নিংথো অমা পানখি। মাবু মৈদিংঙু পায়খোম্বা হায়না কোলোয়নৈ। মার্জা

খুমন পুংদা লান্দাওৈ খুমন চীংখোং ওভজবী খোয়জি মিছল-সাংলবী মুজা অমা মাগী শক্তম নীংখিবা উবদা নিংথৌ মাগী লৈমগী লানঙম-মায়োক ওইনগে পুরকখি। মকুম মতম্না ওইরক্লবদা মুজা মঙোন্দা মমোম অমা শাংখি। মহাক অসে কুম্লোয়নবা লৈরাংগুম লূনা হেন্না লৈপুং কানা শাচ্চবা অঙাংনি।

মী ওইবনা কঙ্গবগী লোয়ন্নি। খযুম মাগী নোংদম্না নাইশীং চল্লবী মমাগী পীবুক্লুংদা লৈরাং মানা লৈমি তম নাইকোম্লুংদা শাংলবগু মাগী লৈঙং লৈতা, লৈশক লৈচুনা মীপুম খুদিং ভাইওইনরক্লে। লৈম-নিংথৌমক্লা ঈরান্নি হায়বা কাউরে। লৈমকোন্দা মনীং তম্না হাইনা হুম্না পাল্লক্লে। ফজবনা ওইদবা করি লৈ!

নিংথৌ অসি মপায়ী মমোম শাক্তে। নিংথৌ লীকখফদে খল, মরা তা মশানৌ-কোন্দা হুনবা মপায়ীনা পীবুক্লুংগী চাদা শা লৈ। নিংথৌ মাগী পায়ী রাঙ্গোন্নিংথৌ অসিগু হায়নভাই লৈতনা নীংথিজে, পানাইদবা শকফম্নি।

অঙাং অনী অসি থংম-নাউমনি। রাঙ্গোন্নিংথৌনা হল্লবদা কোয়ৌ শীংবুম থরদংনি। অনী অসি লৈম-কোন্দা লৈম-নিংথৌগী কবোক ওই হৌমিন্নরক্লে। কুম্বান-লাংবা হৈয়াং লৈয়াংনা হৈরেপ-লৈরেপ তানবগুম নোংমনোং হম-হম চাউরক্লে।

শৈশক-শৈরোল য়াম্বা মতম্নি। শৈথাং অমা লৌরক্লে। নাউরা ওই-রিৎগী শান্নরোয় অঙাং অনীদো মথোক কাবগীনা হুংশি-চায়খোয়দারোয়

ওনপ্পদৌরে। করিগী ওন্দনিংঙাই লৈ! লৈরাং ওইবশিংনা লৈহী মথেল লাংজবা খোইমু ওইবশিংনা মবুক পেম্না থকচবা মতম মানা ভোংবাংবা মালং মাগী মাললংচৎনি। ঙরাংগী অঙাং অনীদো ঙসিনা মুজা পাখং ওইহুনা হৈরাং হৈজামিন্নসি, লৈরাং লৈচিনমিন্নাস রাহৌনরক্ক-দৌরে। হাগন্নু, মাললংচৎনা অমনি, চোকশিঙ্জৌ, মীরমচৎনা অমনি। পুন্সি পিখম্নগনি।

নোংম কৌবা নোং রাঙ্গোম্নিংথৌ খুমনচম্নু য়েংহুনা হায়রকই—

রাঙ্গোম্নিংথৌ—নাউরা মমলানগী শাম্নরোয় নহাকপু, ঙসি ইশানৌ হায়না রাহৌগে। ইশানৌ নঙবু তাব্রা? রাঙ্গোম্নিংথৌ ঐহাক্কী থম্মোই মেন্দহুম ফম্বেনা লৈরম্মেদো নহাক্কে। কংলা·মেনগী নাপ্পদি য়ারোইদরা হায়যুদা?

খুমনচম্নু—নোংদমথীবী ওইবনা মাঙ্গা হায়না পাউখুম্বা ঙমখিদ্রেকো রারৌম্নু। নাইশীংচনবী ঐহাক্কি, লৈবাক রাবৈ থাঙ্গনি, নাউরা মুংশি শাম্নরোয় মুজা ঐগী খোয়দারোয়। পায়মা মুংহাগম্নু হয়েং মুংশি মুংখম্না পুন্স পিখম্নগনি।

রাঙ্গোম্নিংথৌ—শানৌ, করিনুংগী পায়মা নুংশোয় নাইবগে। ঙসি কৌবা নোং পাখং ঐনা শরীরি, করিগুম্বা নোংদা মুংশি নঙবু থারবা কোরৌ মাগী কাপথরাং নোংদোন মাগী হুম্বরাং রায়েল চৈরাক পীসম্নু।

রাঙোয়ি়ংথৌ ! মতম লৈরি হাথিন্থ। লৈবাক লোনচং নীংসখো। মীরমচংনা খুমনপুংগী সনা ঈ মৈতৈ নঙ্গী পুংদনা মীনাই ঈ, নঙনা ককপা ঙমব্রা ? মীরমচং অতুমক্কা, কাউগন্থ, লৈয়াং লৈপুং কারে কাফদে, হৈরাং হৈপুং কারে কাফদে। মালংচত্তা চুম্লবস্থ মীরমচত্তা লাল্লগনি, তিল্লাং থকয়োৎনথো, নামত্তা য়েংবা মিংয়েংনা পুন্সি অনী পিথম মাঙমিন্নবা পামুই।

মুক্কা পাথং অনীদো মুংশি লাইজ ঈচেলগী থোঙবাল নাকা য়েংকা ওই লৈরাং লোঞ্জিনমিন্না হৈরাং লোঙ্গামিন্না লৈরক্লে। মালং মাগী মাল'চং মীরম মাগী মীরমচং য়েংব্রা ? ভাউজিং হৈরূ পনথরে, খুমন-চম্থ থোয়জি মিহুন লাংখরে। কব্রি থোক্লগবা !

লৈমনিংথৌ ত'রে, অরাবা পন্দোন লোয়রে। কব্রিনা ! অনীমক লৈমনিংথৌ থবায়নি। অতুগী থক্কা অঙাং মমন খঙলবা মখোয়নি। অনীতুগু পীবুকমুংগী মিতয়িবা অঙাংশু অমত্তা মাঙবা ঙমদবা মখোয়নি। লৈবাকী লোনচং পনথৈ লম্নবদি য়াদে, লায়িংঙাই পাঙ্গনশু লৈতে। নাইকোল ওংবী মুপীনি ; অতুগী থক্কা নিপা মুপী অনীমক য়ূশ্বান মতম য়ৌত্রি, চহী কুনগী মথানি। লৈবাক য়েংবা লৈবাকী য়ূশ্বান মতম তাঙ্কক য়ৌদোবা কুমজা কোঙ্গায় রাৎনরি অনীমক।

কুইনা লোৎপা য়াবা থবক্তি থোক্কে। মনিল থিত্তং নাইরকপদা লৈবাকী ঈথিল চঙঙকনি, রাঙোয়িংথৌ কমদাগনি। মানা লৈত্রবদা পায়খোম্বনা নিংথৌ লিক্লাং লিকখোম ওইবা তারে, মৈতৈ কংলৈপুং

কাংখোং চাইবা তারে। মনুংচনবা অঙম্বা খরগা নাপচিক্লা পাউশীম্না লিন মাস্থু শিনবা চৈ মাস্থু তেক্কনবা লৈগনিংথৌ অনীনা থৌওং অমা শীনখরে। খূমনচম্নু থাঙ্গাল চীংদা থৈখরে। রাঙ্গালনিংথৌ মিশেল লাঙ্গোই চনগ্রে।

মতাং অসি কাওবা কোসোয মিংলোংনা লাক্লিবা অনীসে অতৈ কনা কনাগুম নত্তে. রাঙ্গোল্লিংথৌ মহাক্না তুলমচৎকী মৈদিঙঙু চরাই-রোংবনি। শানৌ মহাক্না চরাইরোংবনা রাঙ্গোল্লিংথৌ ওইবরাই মুংথিল ওইবা মতমদা খোঙদাই মিত্তাই হায়তুনা পুযাস্নুবনা কোরৌ মুংশেল চাইবী (কোরৌ মু থিল চোইবী) হায়না কোলোয়নখিবী পামহৈবা পোকপী নোংদম থীবীতুনি।

লাইবকচাউবী অসে ঈচম নত্তে, খূমন চীংখোংনি, শাপম-চম্নুনি। মাবু পোকপী পলেম্না চেংলৌ শকরংথলম্নবা মহাক নাইকোল ওঙলম-গত্রা! খঙদে। লৈরাং মানা লৈচু পাল্লমত্রবা থাঙ্গাল চীংদারমগত্রা! অতুগু হায়বা ঙমদে। মৈতৈপুংদনা নাই নি, থাঙ্গাল চীংদনা লোইনি খূমনপুংগী সনা ঈদো। অঙকপনি মীওইবা নঙ্গী লাইবক!

২

খূমন-চম্নু লাইবকচাউবী থাঙ্গাল-চীংওঙনা মপারী অমা ফংলে। মহাক অসে তুংলমচৎকী মৈদিঙঙু পামহৈব-নি। মপারী চেংলৌ রেংতুনা মতম খরদং মুক্সা মাগী অরাবা শেনফবগুম তৌরে। অতুবু

কয়া কুইনিংঙাইনো! অরাবদা মোনখাঙনা পিরাংদগা তায়োম্না লেল্লু তম্নবী মুঙ্গানি। মপারীনা চাউরক চাউরক্লগা অহোই অহোইননা রাবত্নম হেল্লক্লে। "নোংদমখীবী ঐগী খোয়জি-নাপ্পয়ান শাংপানা নারক্লা ইচাবু পুন্সি নারোই নাখয়বা তারব্রা", খূদাং পিকম নাই রানা লেল্লক্লে। লোম্নায়দবা মুংগী অরাবা য়াখোঙ থূম্না থম্মোইগী ঈ চূপ্পা হৌরক্লে। লাবকচাওবী হিংলখিগব্রা! হিংখিনি, মপারগী তাকম অমা খঙদ্রি। কোঙ্গোই অসিনা তন্ত্রিমথৈ ওন্না থোইনা খাঙ্খিনি। ঙমদ-ঙমদ্রগা পারী কোঙ্গোই ঙকথুনা তারগদৌরিব্রা! তাবোই, মাঙহৈদবা মপারীনি।

রাঙ্গোম্নিংথৌ খন্দ্রা? খল্লি। রাদ্রা? কপত্রা? কপ্পি। অহুবু থৌয়াম্বা, থৌজিনবা নিপানি। নোংমা কৌবা পুন্সিগী পুংগোয় অয়াম্বা থৌগী ঈচেলগা থৌরোয়না তাউহুনা থৌবাং থিরকপনা পোথানিঙাই লৈ। অহিংগী তাংলোদা থাইন মৈশা লাং তূম্নাইদবা মোল্লাং তায়োম্না ঙাহাক কপ্পি, মমা লৈমনা পিনপ্লৈ, কপ্পা য়াদে। ...... মুংশি মাগী শক্তাম্লক্লে পামু মাগী পিদাম্লক্লে। রাঙ্গোম্নিংথৌ, অনম অঙাল-খায়বা, অচুম-অরান-য়াৎপা মিৎলম চামা-ফাংবা মালং নোংলম মপু লৈ, রাশক কাউকদে!

মৈদিঙঙু পায়খোম্বা নোঙ্গাথ্রে, চরাইরোংবা ফম্বাল লাংলে। মথানৌবু পুমকাউ মকাউরব্রা! কাউদে। নিংথৌ ওইবা অরাবনি। মাদি লৈবাক্কী রায়েন-চৈনি, চানীংঙি, চানীংকদে, চানীংদে চানীংকদে, মুংশি মুংশিকদে, মুংশিদে মুংশিদকদে লৈবাক মাগী লোনচৎ কায়কদে

লৈবাক মাগী পোইরৈ ইন্দকদে, নিংথৌপল্লা পল্লে। মী চল্লাইরোংবা নিংথৌ-চল্লাইরোংবগী পোইরৈ ইল্লে। নিংথৌ ওম্বা অওম্বগী রারক-হূইগং থাংলে। "নিংথৌ ননীং চৎকদে, পারম পুরম কায়কদে, লৈবাক মাদা য়োনকদে, ভুংগী চায়োন্দা লৈফে উৎকদে। মীওইবা অমগী পুন্সিদি মদোম ওইবা নত্তে, মাঙলম ভুংলম অনীগী অকা অকৃষ্নি", তত্তুনা পাউ-মেল্লক্লে কোরৌ মশীং য়াম্না উরবশিংনা। মশানৌ লৌশিনবা য়াদ্রে, মপারী কোন্সিনবা ঙমদ্রে। মী, অসি উনা উনা ঐঃ মহায়রি!

নিংথৌ চীংবুরোই কোয়রক্লে, মপারী শকখঙনরে। লৈবাক মাবু কিবনা "হাও মচানি, মুংশিজনা য়োক্কে তৌবনি" পুরক্লে। মপা নিংথৌগী কোম্নুংদা তুংলমচংকী মৈদিংঙু পামহৈবা হাও!

অসি নোংদগী নিংথৌকোন্দা হাওমচা লোইশঙ লিংখরে। খয়ুম কনাগী খুজিন্না মৈতৈপূং নঙ্গী ঈশেংনা ঈমাং শাগ্রবা!

খুমন পূঙ্গী সনা ঈ, মৈতৈ-পূঙ্গী মীনাই ঈ, থাঙ্গাল চীঙ্গীনা মৈত্রেমা খুমনপূংদা পোয়ে, মৈতৈপূংদা শাংলে, থাঙ্গালচীংদা লোইয় তমথ্রবোই! মপারীদনা কোঙ্গোই হংলাক্লা কায়রবনি। মাগী হিংনিংঙাই করি লৈ! খুমনচন্থ লাইবক চাউবী পুন্সি পিথন্নরে, পুন্নোই লোইরে। আঃ কেল্ল-বোইদো নহাক্কে ইম্নুং পূংপোয় লান্দনা।

চরাইরোংবা মীনি। মাগী থম্মোইদি মীগীনি। নিংথৌ-পল্লা কনবনা মশা মনীং-তম্বা ঙমদ্রবস্থ থম্মোইদদি মুংশিববু মুংশিবা ঙম্মি। মশানৌ মাগী নোংদম-থীবী, নাউরা-ওইবা পুন্সিগী শান্নরোয় মথোক-কাবা মতমগী

চাম্নরোম্ন নোংদম মাগী থীবনা সনা-ঙ্গৈনা নাইওইবী, লৈমা ওইনা লোই-কৃম্বী, তমগী চেক্লানা চীঙ্গোইনা পুন্সি পিথম্নখিবী নীংশংলক্লে, হীরা হীরা কপ্লক্লে, মুংগী মৈচাক মৈশা পান্দা কাওরক্লে, অরাবগী শেনওমদবা পুংকমদা ; নীংওমদবা থম্মোইনা হীরা হীরা তেংথারক্লে অদুঙৈ—

চীংদা শাংপা ইভেনলৈ,
চিন্নদনা কেনখিবা
কল্লকইদে,
হা কল্লকইদে !

মশানৌ লাইবক-চাউবী মথংলেনগী তেংথাখোল তাবদা কোয়ৌ-নোংমদোল-থক্তগী লৈচিন-ফিরুক হাংতুনা মুংশি-রারৌ পূক্লৌনা খোল্লাইদবা ময়োল্লা শৈখুমলক্লে।

ঐনা কেনগে কেনবরা,
মালংবমা হুম্বগী
কেনবনিদে,
হা কেনবনিদে !

নিংথৌ থম্মোইখোল্লা চাকথরে, নোংদমথীবী মহাক্কী থয়ুম মাগী নোংদম্বু নীংশিংনা মথংলেন ওইবা মহাকপু ভাক্লিংভাই ওই শৈহল্লক্লে।

মালং ঐদি কদৌদে,
লৈয়াং লৈখোক লোইবনা

কেনবনিদে,
হা কেনবনিদে।

চরাইরোংবা লৈরাং লৈরাল লৈরোয়নখিব্রে। অসিনি তাইবং মালংপাল!

৩

মৈদিঙঙু চরাইরোংবগী পুন্সি পনথুংঙমদাইনি। তৃস্নূক হাওভাও-রক্লে। নিংথৌ মশামক লান চত্তবা য়াদরে, চৎলে। পুন্সিগী অরোইবা লান-নি, লানশু ঙম্লে। নোক্ল, খের, পূংগা শেনগা য়ৈ কোম্নুং তম্লক্লে। পঙনা পাল্লি তাইবংপাল! মথংগী মিকূপ্তা করি থোক্লগদৌরি!

নিংথৌ মাগী দমক্তা হোগায়বী কোলোয়নরবী খোংনাং মাগী মখোঙদা চরাইরোংবা নমঙানা পোথারে। মাগী অরোইবা মতম লাক্লে, মানা লঙজনিংঙাই অচুম-অরান-য়াৎপা মপুনা কোরৌ কাপথরাং নোংদোন মাগী হুম্হরাং থাদরে।

চরাইরোংবা লৈরাং মৈচূরুনিংঙাই পুন্সি মাগী মৈথম্নরে। অঙকপা মপুগী রায়েন্নি। লম্ফে মাগা তায়োন্ননিংঙাই উপাল মানা শীঙজং ময়ালাং উরাং খাইবোক-তা কাউখি থীরবা মিংনা হো-গায়-বী। নীংথি-জদরা মপুগী খুথা উ, ফজদরা চীন্নাইদবা খোজৈগী য়েক্লাইদবা লাইরিক্কী মরোল—

(খোংনাং চরাইরোংবা থাগোম্নরুবনা শীংজং য়াতম ওই উন্নাং থাইবোক তাখি। শকঙমদন্না মপুম্নী থোক্লাম্নি। উয়োল কংলে কৈদৌনি উয়োল ওইবা মহাক্নি। হান্ন হান্নগী মতমগুম কোরৌ লৈচিন লানশীংনা অম্নম হৌজখি, হৌজরি খোংনাংদো। অচৎ-অথোক পূম্বদা লীরি মাগী মিংখৈরোল খোম্নাইদবা মরোম্না, তাক্লি লক্ষ্ফেনবা তাইবংদা অচুম্বগী লম্বী চৎনঙাই।)

---

# অন্দ্রোগী মৈ

অন্দ্রো নোংমাইজিং শুঙবা থূল অমনি। থূনফম অসিদা মৈকম অমা লৈ; মৈ তত্তনা চাক্লি। মসিবু অন্দ্রোগী মৈ হায়না খঙনৈ। লায়রোল-খঙব-শিংনদি মাবু পোইরৈতোন খুন্থোক-মৈ কৌনৈ।

মৈ অসি থায়না ইউন্না চীংখোং পোইরৈতোননা হৌরম্বনি। মাসি হৌখিবদগী হৌজিক ফাওবা মুংলকংত্রি। মৈতৈ ঐখোয়গী পারোল-পুরোল্লা মথং মথং মসিবু মুংহৈদবা মৈ-নি হায়না য়োক্লকপনি। অন্দ্রো হায়বা থূনফম অসিদা লৈবাক্লা মৈসি য়োকপগী থৌগাই শিন্নরক্কই। মখোয়না শীংছল-লেং মৈছম-লেং পুনহুনা মাবু শোয়দনবা হোৎনরকই। মহুগীদমক মখোয়বু লৈবাকী মথৌ কোকপীরকই।

মৈ অসি মৈ-শেং-নি। নোংদা লাইবেল পাখণ্ডব-না কম্বাল কাউৈদা মৈফম অসিমক্তদগী মৈ-না মাবু মৈওক্লখিবনি। অতুদগী হৌত্না মৈতৈ নিংথৌশিংগী-কম্বাল মৈ মৈফম অসিদগী লৌনৈ। অতুনা কনা কনাগুম্বনা মাসিবু কম্বাল মৈ হাযনগু কৌনৈ।

কম্বাল-মৈ-নি হায়ত্নবা মাবু লুনা তৌনবা নত্তে। মসিগী মঙুংদা মরম অচৌবা অমা লৈরি। মাস মৈতৈ ঐখোয়গী যুংদিল মৈ নি, মৈত্রবাক-পোকপ-মৈ-নি।

ঐখোযগী কংলৈপুং অসিদা মালেমগী তোংডান তোংডানবা মকমদগী মীগী কূরুপ কযা-কযানা খুনগুম-খুম্বে ক্লকখি। মখো য শং অতু ঈতিননদবগী হৌনশা তত্তনা খোডগ্রেং হানরম্মি; করেং খুৎকুম্বনা লোইবা নাইরমদে। মতুগী তুং ইনবনা ঈগী লৌখোং চেল, পুক্রীংনা তথক লপত্রে হাই কনা অমতা লৈতা মুংদানা পানবা ওম্মরমদে। হউরা চীংথেঙ পোইরৈতোন না খুম্বোরক শেলোই চীঙ্খোং ওঙলিবা মৈ-শেং অসি হৌ নোংদা লাইরেল পাখণ্ডব বু কম্বাল মৈওক্লা কংলৈ সনাপুংসিগী নিংথৌ হাপখিউৈদগী কূরুপ ঈগ্নাল ঈরোন-ঈতিন্নবা হৌখি; মৈত্রবাক মমি তমখি। নোংমতা লুনা ডৌনা চেঞ্জবা ডমত্রবা কংলৈ মাগী তুরেল-শিংনা ঈডৌ থাগোম্না চেঞ্জখি। লৈবাক্লা মরা তা নোংমনোং য়াইফরমদা কাজখি। কংলৈপুং-শেম্বা মৈ-নি পারোল-পুরোম্না লুনা তৌনখিবনি, তৌরম্বনি। পুরোম্না পারোন্দা, পারোম্না চারোন্দা, চারোম্না শুরোন্দা মথং মথং মাবু রাকোম্মনা শিন্নরকপনি। অতুনা মানা মুৎলক্তবনি।

য়ূমদিদ্দ-মৈ নি মুৎকদে,
য়াইফ-মৈ-নি মাঙকদে,
লৈশেম মৈ নি কমকদে।

ময়েরোল মীথাঙ য়ৈনা মখোয়না লুনা চেৎনা শিন্নরকপনি।

মখোয়না লুনা নীঙজমল কংলৈ-কোইবা-লাই-না মৈ অসিদা চঙখি। লৈবাক লৈগোঙ-লৈচাউগনি মৈ মানা তাকই; লৈবাক ময়াই তাগান হায়বস্থ মৈ মানা মতাকই। মৈহুম-মৈশেল পুবশিংনা মৈগী মৈওং য়েংত্না লৈবাক-নিংথৌদা পাউ পীরকই।

পোৎলম পূন্নমক মপু মাগী শায়োন-নি। মী মী মগী থাজবা মতুং ইন মানা কুবিদবা করি লৈ!

অসি পূন্নমক্তি ওইরে। অসি মথক্তা মৈ অসিগী থোইখোইবা করি অমা লৈ! মাগী মৈঙান্না শেলোই-চী মায়দা মঙাল্লমগনি খনব্রা! খল্লুনু, মতমগী মন্নবা তুখুন্দা কুমজা তোরৈ হঙ্গৎনা মৈঙাল অসি ঈংনা-মেঙনা শাংনা-তান্না তায়। মৈপাল মাবু লাং পাখোং পুখোং থিনীংবা কাঙবুনা মতমগী তোবর্বান্দা পারোল খুনাম তারিবা, পুরোল খোঙকম য়েক্লিবা উবা ফংনৈ। মখোয়না কুমজা তোরৈ অমদগী অমা লাল, অমুক অমা তন্না তাল তোরৈ তোরৈ তোরৈনা তোরৈ লীশীং অনী কাওবদি পাখোঙ-পুখোঙ লীবা ওম্মি। মহাক অসি পারম-পুরম লীনঙাই মৈয়া-নি। মানা শেলোই চীংখোং ওঙনা চাক, মতম তুখুল ঙান্না তা ভত্তনা শক্লি—

মৈতৈ ঐগী ইপাচা।
পাখোঙ মুৎলে কনানা হায় ?
পুখোঙ ময়ে কনানা হায় ?
নয়ু খাম্বী ঐ লৈয়ে।

খাম্বী ঐদি মৈ-রি নি ;
পোইরৈতোনগী খুথা নি।
নোংদা লাইরেল পাখঙবা
কংলৈ কম্বাল-মৈওকপা
নয়ু খাম্বী ঐলৈয়ে।

কংলৈ মশুং তরা থোক
খুৎকুম মানা খোংগ্রেং ওক
ঈগী লৌখোঙ তৎল্লা চেল
পায়মা ভথক লপৈত্রে হাই
য়াইফ' ময়ম মম্বয়াই
লৈবাক ময়া তাউনরাই
নয়ু খাম্বী ঐপোকয়ে।

কংলৈ নঙ্গী শুংদাইবা
লৈবাক লৈরু চূপমাবা
ঈতোপ ঈয়াল ঈতিনবা

মৈতৈ লৈবাক শেম্নকপা
নয়ু খাম্বী ঐলৈয়ে।

লাউ হৌজিকসু ইপাখোয়!
মতম তৃথুল হঙ্গৎনা
কুমজা তোরৈ তোরৈনা
খাম্বী ঐনা ঙাম্লিয়ে।

তোরৈ লীশীং অনী-নি
তৃথুপ কোম্না ঙানবনি ;
পাখোঙ লখী তাক্কে লাউ
পুখোঙ খোংলম উৎকে লাউ
নয়ু খাম্বী ঐলৈয়ে !

খাম্বী ঐনা মুত্রিবৈঙ
কংলৈ নঙ্গী মথত্রিবৈঙ
মতম মাগী তোর্বান্দা
তোরৈ তৃথুল খুদিংদা
পারোল খুনাম তারিবা
পুরোল খোঙকম য়েক্লিবা
থিরো খাম্বী ঐলৈরে !

খিজনিংঙাই থিহৌরো
মাক্সনিংঙাই মাহৌরো

মৈরা হাইজাউ চম্লিয়ে
নয়ু ঐহাক লৈরিয়ে।

পারাল মানা পাশাবা
পুরাল মানা পুশাবা
মারাল মানা মাশাবা
পেল্লাল মানা পেন্সাবা
খোঙথাং মায়খুনিংঙাইনি
খুভম লৈতানিংঙাইনি
মিৎপাংজহৌ ঐলৈরে,
মৈরা হাইজাউ চম্লিয়ে।

খাম্বী ঐনা মমখি' থোক
পাখোঙ পুখোঙ মুৎখি' থোক
পুন্সি নিংসানগনি,
মিৎলু পিরাং চেনগনি
হৈজৌ ঐহাক লৈরিয়ে।

... ... ... ...

... ... ... ...

ঙাল্লু, চাকউ, মৈতৈ নপাচা ঐখোয়গী অপঙ শীংওইনা চাকউ, চাকখো, ইয়ু মানা হৌরম্বা খাম্বী মৈ-রি অশেংবা!

১

ওসিদগীদি চহী লীশীং অনীরাইগী রা-নি। এখোয়গী কংলৈপুং অসি মগুং তরেৎ তয়া থোক্লা তারম্মি। থক্তা— নোংবাল, মুংবাল; খাবা, ঙানবা, পোংনচিংবা শাগৈ কয়া কয়া পাল্লম্মি, খাদা—লোক্তাক খোঙবাল রাংম-রাংমদা খুমন, মোইরাং-না পাল্লম্মি; চীংখোং-চাংয়াদা, লমতুপ লমতুপ খুদিংদা—চক্লম ফূরুপ কয়া কয়ানা চীৎলু-রায়রু চম্নরমদে। মখোয় অসে কনানা কনাবু মুংশিনরমদে; অমগা অমগা খোংগ্রেং হানা মতুং ইনবা করোং-খুৎকুম্না ঈনা তত্তনা লৌখোং চেল্লি। কংলৈ-ওঙবা তুরেল অমত্তা ঙৌনা চেঙ্কবা ঙম্নমদে। অমুক শাথিনা পাল্লম্মি লমদম-সি।

থক্কী কাওলুপ্তা নোংবাল, খাবা, ঙানবা অহুম অসি তত্তনা শয়েং পাম্বোম ঙানরম্মি; পোংনা হীশা-নাইশারম্মি। ঈংনা পাল্লম্বা হায়ব-মক্তবু মুংবাল শাগৈদনি। করিনা! মতম অসিদা শাগৈসিদি গুরু পুন্সিব-না কোল্লি! মাদি মাগী লাইরমচৎনা ঈতোপ, ঈরাল, ঈহী নাইদনা মীপূম খুদিংগী থম্মোই খুর্জি পায়বা, মীরম ওঙনা লাইরম চাক্তাবা তাইবং মমান্নব শিংনা লাইনি হায়না শীংথাবা মীওঙ-নি। শেলোই লাঙ্গোল চীংমায়দা পায়মা হীরী কোন ফূরুপ চৈখল শৎ লৈবাক-মা শেম্নরম য়েংবনা মাগী মথৌদাং ওইনরম্মি। ঈখেং ঈথৌ লাংলবা কংলৈ নিংথৌশিংবু খোঙ্গুল-ঈরা ইন ঈহাউ কাউনবদা থৌরাংজন্নম্বা থরায়-নি। মঙাত্তনা নোংমনোং কংলৈ মচু ওল্লকপনি। মাবু কনানা শোকনি!

অঙৌপানবা নোংবাল শাগৈগী নিংথৌনি। মতম-তুদা মানা মচাউরে। খুৎকনবদা মহাক্কি, পাঙ্গনবদা মহাক্কি, লল্লেবদা মহাক্কি। মহাক্কা মী পুন্নমক তুমহৎ-কাণ্ড ওইনা উই। মখা থাবা কনামতনা মাবু কিবা মত্তনা নুংশিবা য়াওদে। নুংশিত্রবস্থু কিবিরিবমখৈদদি খরগী মখৈ মফরিবনি। অতুদা শেগা থানা মাগা লাম্বা য়াবা ঙম্বা পাঙ্গল অনী মা চোংথোক্লক্লে। অনীসি অতৈ কনা নত্তে, খাবা ঙানবা মচীল-মনাওনি। অনী অসি কনবা, হৈবা, শিংবদনা তুরেল অচৌবগী নোংচুপ তোর্ব্বান্দা কোন্নুং খাত্রাং শেমদুনা পুক্কিল-নুংদিন্ননা পাগ্রস্ম। নোংবাল কোন্নুংনা নোংপোক তের্ব্বান্দনিনা হিদেন মায়োক্লবে, তুরেল লুখায় চামিন্নরে। অনী অসিনা মচীল মনাও সুবগা, অঙৌপানবনগা শক্তা থেংনা নুংশিদ-বগা খরদা নত্তে ফনা য়াম্না থে'য়না চংলি। অতুমক্লা অঙৌপানবনা মমিৎ নাবস্থু অনীসিনা ময়োইরে। হেক্তা থোংগ্রেং হানরগদবদা গুরু পুন্সিবনা করি হায়রক্কদগে খুমানবা ঙম্নদতুনা লৈনরবনি। অমনা লংজিল অমত্তুংদবু ফংনরবদি থানরয়োইদৌবনি। অস্নুম্না লৈনরিঙৈসিদা রাথোক্লিংঙাই মরম অমা লাক্লে।

নিংথম্না লোইখিবা কাম্বী-না ফাওরকপা লৈবাক লৈবাক্লা চৈঙহোঙ চাকহোঙনতুনা নুংঙাইনবা মতম্নি। নোংমা কৌবা নোং ঙানবা শাগৈ হৌতুনা তুরেল অচৌবা ঈরৎতুনা লৈম্নে ঙানৈরম্মি। ঙানৈবগী হৌনশা খাগী ঈশিং পীকথরে; পীকথবদা নত্তে, নৈবনা কুম্বং শারে—থকপা য়াদ্রে। খাবা লৈবাক রাঙাঙদে। করিনা! মথোয়দি মশানি। নোং-বান্দি! খৎনবা লংজিল থিতুনা লৈরিবনি, করিগী রাঙাঙলোই। রাথোকপা শোয়দ্রবনি।

অঙৌপানবা মতুং ইনবা মী মঙা-তৱাগা পনখোঙ লীরক্লে। মানা ঙানৈফম য়োৱবদা থীনা অয়াকপা খোনফম্না ঙানৈৱিবশিংদা অপান্নৱা লাউরকই।

অঙৌপানবা—হায় ঙানৈৱিবশা! নথীবোং পান্দৱা? ঈশিং থকপা য়াদ্রে। নথীবোং চানিদা মখঙবা ৱাশা চানিদ খঙদ্রা? অঙৌ-পানবা ঐনা পাল্লিঙৈদা নখোয়গুম্বনা লক্কোনবা য়াব্রা? কাখৎলু হৌজিকমক ঈশিং থাদোকউ; নখোয়গী অতানবা ঙারম পূন্নমক লোইনা মৎলবনি, পুৱকউ ঙাখা অমফাওবা ৱাৎপা য়াদে।

ঙানৈৱম্বা ময়াম অদু মৱাহে অদু তাবদা শাউবনা লুতোন কানৱে। মখোয় মরক্তগী অহল-ওইবা অমনা ময়াম য়েংতুনা "নিংথৌ মরা লৌরু মাসি লোইশিল্লশি, তুৱেল ঙামি তন্নৱশি" থক-থক নীক্লা শাউ ৱাহৌ-ৱকই। ময়াম্না 'ফৱে ফৱে' হায়নৱিঙৈ তাঞ্জা অদুমক্তদা ঙানবা খমজিঙ্গোলগু মীকোক তরা অমা মঙা অমনা মতুং ইন ঙাতানবা য়েংলুগে হেক খোরকই। মহাক উবদা অঙৌপানবা অশাউবা খোনফম্না লাউরকই।

অঙৌপানবা—হায় খমজিঙ্গোল! নঙ নীংব্রা, ঐবু খঙদ্রা, তুৱেলসি কনাগীনি খঙভি, নঙনা করি নতীক লৈহ্নুনা ঐ তাক্তনা ঙানৈৱি .........?

ঙানবা খমজিঙ্গোল—উম চুম্মি অঙৌপানবা! তুৱেল লুখায় চামিন্নবা তাক্তনা ঙানৈবা লাল্লি। অদুদা, নঙনা চুম্বা খঙদে ঐনা লানবা খঙদে, হৌজিক্তি তৌবা তারে। করিনা, নঙগী নৱাহৈ মতাননি ... ......।

অঙৌপানবা—করি নরাহৈ মতা হায়বদে ?

ঙানবা-খমজিঙ্গোল—রা মথা ত'নু, ঐ নঙবু হৌজিক নতীক চাবা তৌনীংদে। ঐগীনা লৈবাক তিনবা হায়বতু থোক্লে। অসি হায়রম্লগা মাগী লৈবাক যেংহুনা লাউরকই।

ঙানবা-খমজিঙ্গ'ল—ইপাগাখোয! ঙ'ত'নবদি লায়রি, ঈশিং অতু থোক থোক লাউনবা হান্না নৈখো। নোংবাল অমত্তা ঈশিং পীথক্কনু।

অঙৌ পানবা চুম্লবগু খোল হাথিবনা রা মাঙলে। মমায় ফিরূক খুম হনখ্রে। ময়াম্না খূবাক খু ওই ওই ল'উ নোক্রেম থাক্লা লাউনা নোক লৈহৌরে।

ওম্হোকপনি মীওইবা! হাই হায়বনা থাঙলোন্নি, উম হায়বনা খোয়দোরানি হায়বা খঙনা খঙনা হাই দা মগাম্লে। নাপন্নরবা থম্মোইনা অমুক্কা হম্নহনা খল্লুদে হাই-না ক'র থোক্রবা।

২

অঙৌ-পানবা মাগী কোম্নুং য়ৌরে; পোৎথাদে, য়ৌবগা কংলা তঞ্জঙ চঙহুনা মখুৎমক্কা য়াইবুং থীল্লে। লৈবাক ঙাহাক্কী মনুংদা ঙুং তিল্লে। নিংথৌনা তৌনরকপা পুম্নমক লৈবাক্কা তম্লে। লাল পাম্বা মতম্নি; লান্দনা পোৎথানিংঙাই ওইনবা মীওঙগী হাক্নি। করিগী লাল

তৌরোই ! খোঙতেক-মিত্তাং লোইনা হৌরে; লাল লাস লাউনরক্লে। অকন-অথৌশিংনা লাল মনম তাবদা হরাউবনা পায়ম-মুংহৌ ফাঙমদা তিমেল তাপাক তাখীংনা লালগী লালাউ লাউচোংনরক্লে।

নোংবাল শাগৈ লালগী থৌরাং তল্লোই লোইরে; ঙানব কোম্মুং তম পূম্মু মু ফূদোরক্লে।

অসোমদগু ঙানব শাগৈ লাল ঙাইদুনা লৈরে। খাব-শাগৈ লান-পাংবা থুংডরে। তোবর্বাল রাংম-রাংমদা তেঙ্গোল অনীছু পৈনরে। তুরেল্লা মরক খনবনা গ্রুং ফূজিন্নবদি ঙম্নদ্রে। লাপ-লাল তেনগী লাল হৌনখ্রে। মায়গৈ অনীগী অথৌবশিং কয়াবু কুইনা লালখাঙ্গনি ! মখোয়বু তুরেনগুম্বনা লাম্থিংবা ঙমব্রা ! নোংদম্নবা খোনফম্না লালাউনা ফূজিন্নরক্লে, খোঙনুংদা মায়োক্নরক্লে ! তাগা তাগা, থাঙ্গা থাঙ্গা, সূক্কা সূক্কা, শীংজঙ্গা শীংজঙ্গা মায়োক্নরে। চক চক থিন্নরক্লে, চোপ চোপ য়াম্নরক্লে। হাথরকপা ঈনা তুরেল পূমঙাও ঙাওলে; মীশা তাউরে, মীকোক ওল্লে; অকিবা লালকম্নি। শাহিং-ঙাহিং চাবা শারম চেক্লম পূম্নমক তাইবং শারম চৎলে উ অকীবা লৈতনা ফুজিন্নরক্লে। মখোয়না মীশা মীকোক মুম্নবগী চীক্ল-ঙংনরকপনা লালগী ঈনিল থাক্কাখ্রে।

লাল্লক অসিদা নোংবাল লোম-থংবা তোর্বান্দা অথৌবা অনী মিকুপ-য়াকাবা য়াদনা লাম্থেংনরি। অমনা অঙৌ পানবা-নি, অতুগা অমনা ঙানব-খম জিঙ্গোল-নি। অথৌবা অনীনা চুম চুমগী মরূমদা মশা পূমথুপ থুপ্লরে, ভিমেল তায়ায় চেৎপায়না তামৈ তাকোক থক ওম্না তাদোল

নোংথাঙ কৈকুপ্না গ্রীক গ্রীক তকশিন্নরকই। তাজীল তাদোল চানরকপনা মশা পূন্না ঈহং-নাহং শা, ঈঙাঙ ঈথোঙ প্যাক্তনরক্লে ; হনবা কৌবা লৈনদে, কিবা কৌবা লৈনদে ; শন্নাং শক্ষৈ অমত্তুংদগী য়েংনরকপদা চৈনাখোল ফাওনদে। ……… অঙকপনি, অথৌবা লালোয়গী লিংজেল!

খূংকম মান্নৈ, খোঙফম মান্নৈ, শাথুপ মান্নৈ, লৈবা মান্নৈ, চোংবা মান্নৈ। খোঙফম অমত্তং খূংকম অমত্তুংদা তান্নরকপনি। অমত্তুংদনা লোইনগদবনি। লালনা য়ং-য়ং লাউরকপা তাঙ্গা অসিদা ওস্থোকপনি, ঙানবা থৌহ্ খুদি খুয়েৌনরে। মানা লংকক্তা হেক তৌবদা অঙৌপানবা তারোন অমা থক্লম থক-ঈন্নবক্লে। ঙানবা ভুরে। অথৌবা লালোয় নোংবান মাগী তাবাক্লা নমগা লৈগা নমফানা চাংজৌ লৈতঙ্গায় মোন-খাঙনা লৈদা শাংনা তারে ; অঙৌপানবা লালঙম-লালাউ লাউগ্রে। মাগী লালাউ তাবদা নোংবান শাগৈ পাঙ্গল হাপ্লে ; ঙানবা শাগৈ কায়রে, খাবা ভুংইন্নরে।

অঙৌবা শাগৈ ঙানব কোম্নুং লৌরে, তোকত্রে, খাবা কোম্নুং তম্নক্লে। খাবা শাগৈ লাঙ্গেল্লম্বদগী মায়োক তনয়া য়ারে। কন্দ হৈজবা শাগৈ নত্তে, অকনবা লালফম থেংনরে। অহুবু অঙৌ-পানবগী ফীরাল মমায় চুম্বনা হন্দকস্থ কায়রে ; কোম্নুং লৌগ্রে !

লালদা শিখিবনা শিগ্রে, ফাখিববা ফাগ্রে। লৈহৌবা খরগা খাবা লৈরোনথৈ লোইবি চীংখোং তম্না চেল্লে। কন্নি করম্না মখুঙম হজিনগদগে

হায়বা রাখল্লা কোয়চেল চেল, মীরৈবাকী নিংথৌ লান্নেকে লেপ, কংলৈ পলোল রাংমা লাল লান্নেকপা কোয়চৎ চৎলক্নে মায়থুরবা নিংথৌ।

৩

খাবা লৈন্নুং থোঙারেলগী কোন্নুং য়ৌগ্রে। মাবু উবদা লৈন্নুং-নিংথৌনা পাউহংলকই।

থোঙারেল—তম্বা নঙবু মীচম মান্দে। করি লমশুঙনবা মীঙঙনো ? নশক নমিং শেংনা তাকউ তাসি।

খাব-লৈরোনথৈ—লৈন্নুং থেংঙারেল পাঙ্গনবা! নোংমা কৌবা নোং ঐশু লমথৈ অমগী মপু ওইরম্মি। ঐনা পোকপমা নোংপোক-মায়গৈ ওঙবা লমদনি। মাগী কোলোয়না কংলৈ সনাপূং কৌই।

থোঙারেল—করি, কংলৈ সনাপূং ? ঐ খঙডিনা, ঐনা খুম্হোক্লম্লবা লমনি। নীঙথিজবা লৈবাক্নি; লৈংং লৈতানা লূথ্রিবা, পোথোক চাথোক্না মরাংকায়খ্রিবা অঙকপা লৈবক্নিনা হুদে।

খাব লৈরোনথৈ—মানি পাঙ্গনবা। খাবা ঐনা লম্লেল মাগী পীবূকন্নুংদা পোকচবা খয়ুম মানা কুবিবনি—

কোরৌ অহানবা উরবা,
থাজ অহানবা কোল্লবা,

নোংলেনগী ঈপাল লোক্লবা,
কুমগাইনা থৌগাই পুরবা
নীঙথিরবা লৈবাক্লিদা
কোলোয়না মাগী সনাপূং।

লোইবীনা পলোল খারবা,
ভুরেন্না কারল লাক্লবা,
ফৌনানা ঈপোম হৌরবা
হৈরাংনা ঈথক কারবা
মালেমদা লাইরৈবাক্লিদা
কোলোয়না মাগী সনাপূং।

... ... ... ...

থোঙারেল—লমদম ওস্থোক্লা তাম্লক্লেদা! নঙনা করি কোলোয়নীঙবা ননীং তম্না তম্মু।

খাব-লৈরোনখৈ—কংলৈদা পাম্লিম্লবা নোংবাল শাগৈগী নিংথৌনা ঙানবা ইয়াম্বা হাৎ মাগী খুত্তম লৌগ্রে। অত্নুনগু পেন্দ্রে। ঐগী খুভমগু মুনগ্রে। হৌজিক্লা অমুক ঐগী থরায় লোঙুপ তাম্লকপনা ইয়ুম লমদা লৈবা ঙমদা অপানবা, নশাইগোল তম্লকপনি।

থোঙারেল—এঃ মুংশিদা! ফৈ খন্নশি। থোঙারেল ঐগী থোঙদা লাক্লবনিনা ঐনা ঙম্বা তৌবা তারেদনা। ঐ ইশাদি অহল মতম

ওইরক্রে ; কংলৈদি অমুক উনীংঙি, অদুবু চৎলরোই। ইশানৌ-শিংগী মরক্তা খুম্মোক্লিংঙাই কনা য়াওরিবা য়েংসি। কন্নি পায়মা নুংজেংলুগনু।

অসি হায়রগা মশানৌ থোঙাক-লকাবা য়েংদুনা হায়রকই।

ইশানৌ! নঙ তারেদনা। মবুক্লীং নুংশিখিগনি লুনা থম্বিয়ু। নোংমা কৌবা নোং ইচীল ইনাও ঐখোয় পূন্নমক খাবা নিংথৌনা হায়রিবসি থম্মসি।

খাবা-লৈরোনখৈ লৈন্নুং থোঙারেলগী কোন্নুংদা মতম ঙাইদুনা লৈরক্রে।

৪

লৈন্নুং থোঙারেল মশানৌ পোইরৈতোনবু খুম্মোকউ পাউথারে। মশানৌ লৈমা লৈনাউত্তাবী যম্মোং-নিংথৌ মমোম্লোই মশানৌগী খোঙ-লোয় ওই কংলৈ সনাপূংদা খুনবান লৈপাম্মিন্নরু পাউশিন্নরে। মশানৌ অনীগী খোঙলোয়নবা মতীক-চাবা তেঙ্গোল পীরে। লম্বীদা চানবা পোৎলম শুনা লাঙলে। হয়েং খুনবাল-লৈপাল্লুরগা থাজরু, কংলৈ সনাপূংদদি ফংলোই, হায়দুনা পূবা য়াবা পোৎ পূন্নমক হাপ্লে। কৌরমদা চাহৌ মখল অমদি পোইরৈতোন-না খুম্মোকপদা পুরকপনি কোলোয় মাগী মিংল্লায়না চাহৌ পোইরৈতোন হায়না পোইরৈ মৈতৈনা মিংথোল্লে।

নোংমা কৌবা নোং মুমিৎ অচঙবা য়েং ইউরা চীংখোং পোইরৈতোন মতৈমা লৈমা লৈনাওভাবীনা খোঙলোয থই মাগী তেঙ্গোল অচৌবা পু খাবা হৈনা ভুং ইন কংলৈ মাযগৈ তম খোঙশাল্লক্কে। নারক কয়া নম, শীংলক কয়া ফাও, উমং কয়া লাল, পাৎলম কয়া ঈথেংনা, তুরেল কয়া ঈরান্না লাক্লে। অস্থম অস্থম লাকপনা কোরৌ মান্না মম নোংজা মানা শিল নোংমা নোংমা হৌ থাজ মপুং ফা; থাজ মানা য়ামশিল্লক কুল্লাং অমা কা, চহী কুম্লোল কয়া কয়া খোঙথেংনা কংলৈ লমথৈ য়ৌরক্লে। য়ৌরে কোক চঙবা য়াবদি থোক্কে। য়োৎপাক্লা, শীংজংনা, থাঙনা, তেম্না, কাওরেল ষগুং মপান্না থৌদ্ব ুনুংথোঙ হাং লমথৈ লানশল্লে। চীংগী চীং-লোল স্থনা কোয়রক্লে। মানা য়ৌরম-য়ৌরম্বা মকমদা খুদম হৈপাল লৈপাল কয়া কয়া থারয়ে। অতুনা শেলোই থাংজীং ওঙনরায় চংবী লাকোল অচৌবা কেগে অশৈবা মোইরাং চৈজিংবশিংনা তেংথানৈ—

পোইরৈতোনগী খুম্হোক লা,
পোংনাউতাগী খুম্হি-লা।

পোইরৈতোন লৈনাউভাবী অনীগী খুম্হোক-রারী অসিদি রারবা পিরোয়নবা রারীনি। লম্বীদা মপারী মমোম কয়া শাৎলি। লৈরাং লৈতম চাদনা লৈকেনথি পাবুক পীবুক তোয়না কপ লাক্লবনি। পাম্বা শাম্হেংনা য়াংদৌ লম্মূক্লা চীংখোং লৈমা অনীনা রারবা খোঙকমদা শমজি খাই থংলেন মানা মশানৌ থি ফংবা কৌবদি লৈতা, শানৌ মানা মথংলেন

য়েংডি উবা কৌবদি ফংদা কয়া-ভেংথা-নাওইনা চৎলক্লবনি। র না শাংনা কুম্লাং কয়া চঙনা শেলোই নোংমাইজিং পন্থুংলবনি। অতুবু অরাবনি! রাবমথৈ রারগা ইউর। চীংখোং পোইরৈতোনগী তালোই হিংমাংনখি ; নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মথূত্তা মায়থী ফিরাক খুম ফম্বাল মৈওকপা তাখি। অসি ভাক্তি তাইবং ওঙবা কনাগী নীংবা থুংবা লৈ! মালং তাবা কনানা নুংঙাইখিবা য়াওবগে!

অসেংমদনা পোইরৈতোন খুম্হোক্লে তাবদা অঙৌ পানবা লৈবা য়াদ্রে অরাং পাংনা চেনখৎখ্রে। নোংদা লাইরেল পাখঙবা লাম্লেকউরে। অরাং-ফাংলৌ লাইমকোল মীরা-নম্ পোংথোকলম দগী পাখঙবা হনজিং চীংমৈ ইন, লিসরাই ঈরম তোরৈনা কংলৈ সনাপুং খুনকুম্লক্লে।

কংলৈপুং ঙসিদি মীনা পারে, পাথোক্লে। মীগী মীরাউথোন্না মালং নোংলম. তূনা নিনখ্রে। য়েংঙু য়েংঙুবা মায়গৈদা মী, মীনা পুমথল থনখ্রে। কাঙলুপ মীপোম হৌরে, মীরুপ মীথক কারে। করিনো! নোংদা লাইরেল পাখঙবা মশাগৈদা পুতুনা লাকপা নত্তে। অরাং ফাংলৌ লাইমকোন্দগী কংলৈ সনাপুং কাওবদা লৈরিবা চীংলম পূম্বা থাঙরায়মৈচুনা লোইগা নাইগা খোম তকথরকপনি। ইউরা চীংখোং পোইরৈতোনসু

মপাম ইউরা লমখৈদগী কংলৈ সনাপুং ফাওবদা পাঙ্গল উকায় পাতক্লা লোইগা নাইগা লৈরিক থন্না খোম তকথোরকপনি। হান্না মবুক থল্লবা সনাপুংঙয়োন্দা অচৌবা মীহৌ অনীনা পাশিল্লক্রবদা করি ওইবা হৌনৈ! মীনা থম্লে, পারে, পাথোক্লে।

লূরাং গুরু পুন্সিবা শেলোই লাঙ্গোল চীংমায়দা হীরী কোন লাইরম মণ্ডদারিভৈদা মীগী মীনিল মীরাউখোল তা মিংপাঙলক্লে, লৈনা য়েংলক্লে, তৌরিবা মওং অতু উরে। হিঃ মাঙবা তারেনা তৌরিবসিদে থল লাউথরক্লে।

গুরু—লূবাং ইপাচাশা তাব্রা? ঙসি কৌবা নোংসিদি ঐখোয় থোকহৌদ্রবদি কংলৈ ঐগী সনাপুংঙযোল পুম্মাঙ মাঙখিবা তারে। নখোয় লোইবো ঐখোয় লল থোকপা তারে।

গুরুগী যাথং তারবদা লূরাং শাগৈ হৌবে, লোইরে। গুরুনা লমজিংতুনা লানকম মগ্নায়দা থুংলরে। লানফম যৌরবদা গুরুনা নাপাক অনী যেং লাউরক্লে।

গুরু—ঙসি কলৈ মানা পোম্বা ওই লানশীংনবিবা নিংথৌ পুন্নমক। পুন্সিবা ঐগী ইরাসি মুন্না তারগা তিল্লাং অমুক্তং থকযোংনা পায়মা রাখম্লৌ। থুম্ভি-লৈখিবা তাইবং ইথৌদাংনি। শয়েং পাম্বোম ভানবনা তাইবং ঐখোয়গী ঐঃনা পোকপনি। ভানদফদে লৈবা নত্তে। মালং অমত্তদা ওঙ মালেম অমত্তদা তা কোয়ৌ অমত্তগী

মখাদা পান লৈমিন্নরগা ঈথি ঈতান্নবা হৌনদে। ঙসিদি ঈতানফদে। লানপা লানকোক অনী চোংথোক্নৌ নপাঙ্গল নপাঙ্গল চাংয়েংনৌ, নরৌশিং নরৌশিং পাদম্লো। অহেনবনা পোস্থা ফংগনি, কংলৈ নিংথৌ লুচিংগনি। ঙসিগী ল'নকম অসিগী লানপুরেন্দি খাবা অঙৌপানবা অনীদি থোকত্রে ; অমনা খুভম লেপ্পা ঙমদা ইউন্না চীংখোং পোইরৈতোন লাম্লেকউবনি ; অতুগা অমনা মখুভম ঙাকপা ঙমদা নোংদা লাইরেল পাখঙবা কৌথরুবনি। অতুনা ইচুমা প'খঙবগা ইচুমা পো'ইরৈতোনগা অনীনা লানপু তারে। অনীনা চাংয়ে'নকম থোক্লে। পু'ন্সিবা ঐনা ময়ায় লেপ থৌরম পরিং'মা র'য়েল পাউপীনগনি। লমথোইনবা যাও ঐগী ব্না তাদ্রবদি নাপাক অনীগী অঙম্বতুগা লুরাং ঐগা থাঙরায়-তার'য়নবা তারে.........।

শুক মপাউ তাবদা নোংদা লাইরেন পাখঙব', ইউন্না চীংখোং পোইরৈতোন—অথৌবা অনীনা—ফজে থাগৎনরে ; গুরুগী ব্রায়েল অতু য়ানরে।

অথৌবা অনী চোংথোক্নরে। শুকী শুক্রম, তাগী তারম, থাঙ্গী থাঙলম, নূংগী নূংলম য়েংনরে। অমনা হেন্দে, অমনা তাদে ; অমনশু তাদে, অমনশু হেন্দে—মান্নরে। হৌজিক্তি করি য়েংননি।

চরৈ খ্বাঙলাক চেৎনা শেৎ অকনবা অনীনা হাও মূক্না লংফাই চল কোন্নরক্লে। অঙকপা লানবানি। পূংগোই অমদগী পূংগোই অমা কা,

অতুদগী অমা লান শান্নবক্লে, তুনদ্রে। অনী অদো নিংসা মৈবা চিংনরক, হকচাং হুমাং পূমচোৎনা চাইরেল পূনজাউ ঈহৈনবত্থ মঙায়রে। লৈনবগা লংনবগা, ফৃক্কবগা, কাওনবগা অঙকপগী মৃক্লানি।

খযুম মাগী নোংদম্না পাখঙবগী মরায়বক্তা কংলৈ ফম্বাল তমখিবনা ইউরা চীংখোং পোইরৈতোন তুরে। লূরাং গুক পুন্সিবা পাখঙবা নিংথৌ মকোক লাউথোক্লে।

ঙসিদি কংলৈগী হরাউবা নুমিৎনি। হরাউবদা নত্তে, য়াইফবা নুমিৎনি। নোংখোং কূংনা শুক্লা নেম্না হৌবা নোংনা খঙহৌদনা তাকখি-বগুম অকিবা ফংনা গৌরম্বা লাল পুন্সিবগী কংলৈ-য়াইফ নীংবা পুকচেন্দনা ঈরিক অমা তানদনা লোইনবে। নোং অতুগী য়াইফবদা নত্তনা মৈত্রবাক মমী তমখ্রে।

লূরাং গুক পুন্সিবনা নোংদা লাইরেল পাখঙববু ফম্বাল লাইজা ঈখিক্লে। ইউরা চীংখোং পোইরৈতোন্না মৈওক্লে; নিংথৌ অতৈনা ফম্বাল থৌগাই পুনরে; নোংদা লাইরেল পাখঙবা "অহচী স্নাহিংচী" শোন্দুনা কংলৈ ফম্বাল কা নিংথৌ পূম্নমক্কী য়াম্বা শা পাল্লে।

হৌজিক্কি ফৃক্কপ শাগৈ নাইনা লৈবাক চোংথোক্লে। শাগৈ শাগৈ চারো-মৌরোনরক্লে। নোংম-নেং ঈতিন-ঈরোন্নরক্লে; মৈত্রবাক লৈতারক শাগৈ পূম্নমক লৈতা-হুংদানা পান্নরক নোংম-নোং অকান্নম তম্লক্লে।

পাখণ্ডবনা কম্বাল কাউৈ মৈত্রবাক্সা মরূ হুনবা নোং পোইরৈতোন্না কম্বাল মৈওক্লখিবা মৈ·শেং মাগী পোরুফম হৌজিক শেলোই চীংখোংদা চাক্লিবা মৈফম 'সিনি।

---

# ম রো ল

## পুনমচাং

বংলৈ—লৈবাক পানবা লম। কোয়ৌ অঙানবা—নুমিৎ। লৈচনগ্রে—লৈমুং চনগ্রে। খোন্নাইদবা—মখোল নাইদবা। মিংথৈরোল—মিংথোনবগী মরম।

১

খোয়জি নাপ্ল য়াল—খোয় ময়াদা য়ান্দুনা। শাৎপনি—পোকপনি। কোয়ৌ—নুমিৎ। লফে চৎপা—লম্বী অরানবা চৎপা। রায়ৈ চেন্নবা—রাথোক্লবা। লোইশিনগে—হাত্তোক্কে। অফোংরমদদি—অফোংবা মরমদদি। কংলামাঙদা—কোম্নুং মমাঙদা। কাকয়েল—উচেক মখল অমা। মরাই তাগনি—মরায় চায়গনি। লৈহোঙ-লৈচাউনা—লৈবাক হোঙনা চাউনা। লঙহন্দুনা—কায়হন্দুনা। ইশানৌ—ইনাও।

খোমৈ থকপা—খোম মমৈ থকপা। কোলোয়বীনীংবা—হায়বীনিংবা। শিদয়াই নাদয়াই—শিদ-নাদমবা য়াই। য়োল্লে—লাল্লে। কোরৌ নোংদা—নোংথক্তা। মালেম লৈদশু—লৈবাক থক্তশু। তাওক্ক লুওক্ক-পদবনি—কোকথক্তা ওক্তফদে। পারম পুরমচৎনা—ইপা ইপুগী লোনচৎনা। কৌক্রুসাইখা দা—কৌক্রু চৌংগী মথাদা। অকায়রম—অয়ানবা লম্বী। ইপা—অহন্না অঙাংদা কৌবা মিংগৌ। করিন্নুংগী—করি মরমগী। ইশাইগোল—ইয়ুম। লম্লাল্লম্মিবা—করিনা চঙর্সাম্লবা। লুদা-কোক্তা। মুংদাহুনা—হীরি কোন্দুনা। নথরায় লোংঙুপ তানগে—হাংকে। কূরেল—কূ অচৌবা। কূচল্লগে—কূমুংদা হাপ-চিল্লগে। শারেপ—মশাগী মরেপ। মিন্নুথোং—থোং অমা। শৈখন্নরগে—ঈশৈ শক্লা শক্লা লোইরগে। মোলাং—মোন। মরান—ময়ূম। নমঙা—নিংথৌগী হাকথং। নোংখন্নৌ—নোংঙাক্লৌ, মুমিৎ লেম্নৌ। চিংবলম—তম্বলম। ঈথুং—ঈশিং থুংফম। কন্দানবী—কন্না তানবী। সনাপুংম্নাবগী—সনাপুংগী নিংথৌগী। লীক্লাং-লীক্লোইকদে—লীকমাং-কদে। নম্বোনা—নম্বো পোতুনা।

২

চীল্লোক্লফম—তিন্নফম। য়াতাফম—য়াহিপফম। ঈরোয়ননা—ঈশিংগা লোয়ননা। হাপ্লোইনরবা—হাপোই হাপোইরবা। মতৎনরবা—মতৎ মতৎ ওইরবা। অহিক্লনা—হিক্লা হিক্লা। লাইজ ঈপাল লোকে—ঈশিং শোকে। পায়মা মুংদা—মবূক মনুংদা। থোগেম্নত্রা

—থবক্লা করেম্নরব্রা। ঈহোৎনা—ঈশিং হোৎতুনা। চীঙ্গোয়—চীন কোয়বা। খোঙলৈ কামজাও হুল—খোঙ্গাপ চাওনা থাংবা। থকয়েনা—খংয়ে য়েত্নুনা।

৩

লোৎ-থম্না—লোৎতুনা থমতুনা। লৈয়াং লোঞ্জিনমিন্না হৈয়াং লোঞ্জামিন্না—হুংশিনতুনা। খোয়ঞ্জি মিহুন লাংগ্রে—মীয়োনখ্রে। পায়মা হুংজেংবা—পূক্লীং হুঙাইতবা। অয়ো পানবা—হকচাং ঙমদবনা। কোলোয় পাউশেংঙু—পাউ শেংনা তম্মু। কৈরম—কৈ মায়কৈ। নোংমা কৌবা নোং—নোংমা হুমিত্তা। কোলোয়নগে—য়াঙাঙনগে। হুংথুক্লনা—পূক্লীং থুক্লা। চাকরায়জগে—চাক চাজগে। ঈ কাম্ননা—ঈ কাম্না। পীবূক—পূক্লীং। হুংদম্নবা—হুংগ্রেম্নবা। শারমচৎ—শাগী লমচৎ। নীংখোম্লকপা—ভুংগী।

৪

শাহোম্না—শানা হোন্দুনা। শারম—শাগী মরম। লাল্লম—ল্যানগী মরম। পারেপ পুরেপ—মপা মপুগী খুতম। চইন্দদি তমজখিগে—চাক পীজখিগে। চয়াম চথম্নরগনি—চাক চয়াম্নতুনা য়ারগনি। য়াঙ্গোন-নিংথৌনি—নিংথৌ মথংনি। তায়োম্না—তাইনবা। পিখম্নৌ—পিদনা লোইনৌ। তেনথম্নথরে—তেম্না লোইগ্রে। ঈল্লী—ঈন

ময়া। মিতম্বা—মমি লাকপা। মাপনবা—মাপলশুবা। লোংমি—লোংগী লোংদম। ঈথক্লা—ঈশিং থক্লা। তোম্লোমখি—মতোল লোমখি। ভানখিবদো—থেংনখিবদো। মিৎশেন্না — মিৎশেল খাওহ্না।

## পোৎশংবম খোংনাং

শানমখিবনা—শোখমনখিবনা। শী নাইদবা—মশীং নাইদবা—মিংনাইদা মিংনাইখিবা—ফাওদ ফাওখিবা। তারী, তান্নু, কাংবা, কাংখল—মিং। চীংগু—লাই। খানা পাংবলম—খা রোমদা। নে-তাবা—খোয়দানা লৈবা। লম্ন ইদবা—লম্বী নাইদবা। ঈয়ৈ ঈনম—ঈশিংনা য়ৈবা নম্বা। শাগোন্নরকপা—পোকপদগী কোন্নরকপা। মীয়মচৎ—মী মাগী লীচৎ। চীংজেং-নারল পাঙ্গনবা—মিং।

১

য়াইথুংহল্লগনুদনা—কংহল্লগনুদনা। নাক ওইনরগদোরে—নাক্তা লাকদোরে। মালংচৎনি—মালং লীচৎনি। লোন্দা—মতমদা। উ-ওভনবা—উদা হৌবা। হেনমনবনা—ফমনবনা। চৈজিংরোন্না—চৈ-জিংবা—কাওলুপ্না। তেংথানবগুম—শরুবগুম। মালং ঈচিক লোক্কে—হকচিক লাঙ্গে। ভাইবংকোন্দাবা—মীয়মদা লৈবা। লৈচুপ—লৈহী

১

চুপ্প। মীকোল ওৎবী—মীওইনা পোকপী। লমজাউ ভাবী—লমজাউদা শাৎপী। খোইরান—অতোপ্পা খোই। খোইওক্লফদে—চান্নফদে। মুংওল্লবী—মবুক্লীং ওল্লবী। পাদম্মম—পাদম থারম। লুকক—মরু লুক্লা। থিঙ্গ্প্না—থিন্দুনা কাপতুনা। তৎপরাই—তৎপা মতম। নুংওন্না—নুংগুম কন্দনা। পৎলোইনা—পৎনা লোইতুনা। পিখম্নরগে পিনা লোইনরগে। মৈত্রেমা—মৈতৈ লৈমা। মৈত্রবুং—মৈতৈ কোম্নুং খোঙৈল কামজাও হুল্লক্লে—খোঙ্গাপ চাউনা থাংলক্লে। চেম্থাংনা—চেম্না চেম্না থাংতুনা। লানকৌরবদি—লানশীংলবদি। মুংহোংনা—মবুক্লীং হোংতুনা। তেনখম্নবা—তেন্না লোইবা। কৈদৌনোংদা—করিগুম্বা মুমিত্তা। চৈগাম্বকপা—মতম করকপা। চৈগুমলকপনা—মরায় চায় ব্বকপনা। লাম্থীবা—লান্দা মায়থীবা। পাম্নাইমনবা—কা হেন্না পাম্বা। শেল্লোই চীংখোং—নোংমাইজিং মখোং। উঙানা—উদা ঙাতুনা। তাংথক্লাইবা—অকুম নাইবা। নীংকায়কদে—নীংবা কায়কদে। নোংমা—য়াইফবা মুমিৎ অমা।

২

মালংপাল—ভাইবংপান। মৈয়েরুবে—মৈশা য়ৈরুবে। মুংদারকপা—হুম্থনা থল্লকপদা। খোঙনেৎনা—মখোঙনা নেৎ। লোংগুম্নক্লে—নোংথক্তগী কূম্নক্লে। তুইন তমগনি—লুহোংবীগনি। লাঙোল মাংথংনবদা—হেক থংনবা মাঙ্গী মপোক্তা। পম্নুংদা—কোম্নুংদা। য়ুমওঙনা—য়ুম্বান্দুনা। নোক্তিম্নথ্রে—নোক্লা তিন্নথ্রে। খোঙ্গুল তাদনা—লৌশিং তাদনা। কানাইবা—কা নাইবা। মশাইগোন—ময়ুম। কৈদোংনা

—কৈদোং তোংহ্না। লাংনা পাদম্বীনা—লৈপুন লাইরেম্মনা। পাদম লাংকিরবনি—লৈপুন শেম্বীরবনি। রারো খুরোগে—রাথোকহনগে। মীরাল—মী অতোপ্পা। লোয়ীন—তূং ইনবা। লংদানমিন্নরুই—লংনাই-মিন্নরুই। লৈহোৎনা—লৈবাক হোৎতুনা। নোকচিক্লনা—নোক্লা চিক্লনা। রাতেম্নগ্রে—রারোইনগ্রে। কাইহৌবা—ঈরাং পীবা। থোই-রংনবগে—থোই লংনবগে। শাহুল—শাজং। পূক্রৌচাউবী মুংলৌরগনু —রারৌচাওবী রারৌরগনু। রাতেম্নরে—রা লোইগ্রে।

৩

হৈজীং-হৈরা—হৈজপোৎ রারোইপোং। থোরজি মুংরেক—থোয়খা লিনখা থানবা। করোংখূৎকুম—লম্মম খুম্নবা। ঈনাপ্পা—ঈশিং নাপ্পা। চরৈ-কিদোল-কাংলবী, থোরজি মিহুল-লাংলবী—মীরোনবা থাশিং য়াম্নবী। খাওন্না—খাওন্নতুনা। ঈলেং—ঈশিংগী লেং। ঈখোং —পন মখোং। লাইজা ঈপান লাঙ্গে নীং—ঈরুজগে নীং। কৈরা —থোংগ্রা। মীয়ৈ নুংয়ৈনা—মীগা মীগা য়ৈনা মীগা নুংগা য়ৈনা। উরম—উ মরম।

লৈতারুরবা—লৈথা তারুরবা। খুন্দা—খুন তাদবা। নীং-খোম্লকপশিংবু—মতুংদা পোক্লকপশিংবু। য়াৎনা—য়াৎতুনা। মরেং মরোল নাইনা—লেং মথং মনাও খায়না। শারোল—শা মরোল। লাম্লোন—লাল মরোল। শারোয়না—মশা য়াওনা। লৈতান লৈথী নবা—লৈবাক তান্নবা থীনবা। লম থাখরগে—লম থোকহনখ্রগে। মডাল

কংবা—মখণ্ডবা। কংলৈ কোইবা—কংলৈ পুবা লাই। লুপুন্নরে—কোক্তোন্দা পুল্লে। খোরীনরবা—খোরীওম চাউবা। মরৈনবদা—মরৈ মরৈ তারবদা। খোঙদম্লক্লে—খোঙদা লাক্লে। লৈখীন্না—লৈবাক খীন্দুনা। লানশাং—লানশীংবা। কোত্তাক্লগনি—কোন্না তাক্কনি। লাল্লোংদি—লানগী মওঙদি। ফাফম্নরবা—পুরবা। লোংওক্লরে—লোংনা ওক্লরে। নুংশোয়নরক্লে—চিংনরক্লে। লানগ্রেম্নবনো—লাল তৌত্না করেম্নবনো। নূংহুল—নূং মহুল। মিংথৈনরবনি—কৌনরনি। ঈরান, ঈতোপ—অতোপ্পা ঈ। ভারা চীংজেং, ভাক্রম চীজেং—চাংজেং অমগী মিং। পনগোয়বা—পন ওইনা কোয়বা। চোংলাম্না—চোনা লান্দুনা। উথি উয়ানবা—উ থিত্না য়ানবা। মরোমদোম্না—মতোম-দনা। কাঙ্গং—অকংপা শেল। ভাইওইনা—লৌত্না। পম্মংনরক্কদৌরে। পো-শীন—পোশীন্দুনা। পানাইদবা—মপা লৈতবা। চাকতোন-কিদোম—শেংপা চাবা থুংদনা। খোরোইনবা—খোদাং পুবা।

৫

মিংথকনিংভাই—মিহৌনিংভাই। পোলোইরমদাইগী—শিরমদাইগী। মায়ওম্না—মনায় ওন্দুনা। পায়মা নুংহিকপনো—থম্মোই হীক্লা কপনো। নোঙ্গানিংভাই—নোংথক কানিংভাই। অহিক্লা—লিক্লা হিক্লা। ওঙবলম তাবলম। খুরোইকম—খুনাম লোইকম। খোঙলোইকম—খোঙথাং লোইকম। নুংদা—মবুক মমুথক্লা। তম—মি তম। তমদা—তথাক্তা। হৌ—খোঙহৌ ওই। নারম—মনা মরম। পূকয়োক্লা—পূক য়োক্লহনা। ঈহাপ্পা—ঈ হাপ্নহনা। নিংসানা—নিংসা হোম্নহনা। খোমইন

তমখিবী—খোম ইনখিবী। খোরাংলম—খোরাংবা লম। কানজোংনা—কান্না চোংহনা।

৬

নম্বোনরকপা—নম্বো পোহনা পুরকপা। খিনক'ঙনা—খিংগাইনা কাওহনা। মুংগাউনা—ইশা কাউনা। খুনামকন—খুনাম তাফম। য়াকুম-ফম—হঙ্গিনফম। য়াথোকপুং—পোক্লফম। পায়মনুং—থম্মোইমুং।

---

# ঙাঙোম ফুরা

চংলম—অচংপা মরম লেপ্লম—অরেপ্পা মরম। ম'লংনৈ—তবনৈ। ঈয়াউগোন্রায়—ঈর'উখোল লোয়নবা শৈবাং—ঈশৈ লংবা। তাঙবন্না—তাঙবল ওইনা ফম। ঈওক্লা—ঈচিক ওক্লা। মিংলম—মিং মরম। তেংথা লোনখন্নবা—থানিংঙাই লোন লৈতবা। শৈদারিবশিংগী—ঈশৈ তারিবশিংগী। তেংথাজবা—শকচবা। মুংঙোলম—পূক্লাং ওনবা লম। তুজুংলম—হয়াউ তুজুংবা লম। নাথূপ্নরিব্রা—নারক থূপ্পা লৈরিব্রা। কোক্লম—কোক মরম। ঈরো'য়নবী—ঈশিং চেনবী। কুমগাইনা—থানা। পাক্লেনা—পাক্লা তৈত্তুনা। মৈরোয়নবী—মৈশা পুবী। ঈচপ্পা—ঈশিং চপতুনা। থকলহনা—থক থক হু। লৈনাইদে—লৈবা নাইদে। ওঙনাইদে—ওঙবা লৈতে। মীরমদা—মী মরমদা। খোঙমুংনৈ—খোঙকম মুংনৈ। মদোম্নৈ—মতোমদা ঙাই।

পাগ্রানৈ—পাগ্রা ওই। লমওঙনৈ—লমদা লৈ। লমজানৈ, সারানৈ —লমজা সারা ওই। কম্বাল ল'ং—নিংথৌ ওই। তাওবল নাপ্পা য়া —লৈমা ওই। নূংহী-লৈবা—নূং মহী চেনবা। চাংগোয়নবা—পাউ-তাকবা। খোয়দানবা—লৌনবা। লৈপাল্লোম্না—লৈবাক পানবগী লোনচৎনা। ফূকপ মদোম-পাল্লমচৎ—শাগৈ মথন্দা পানবা মরম চৎপা। লৈতা-পাল্লম তানবা—লৈতানা পানবা থিবা। তেংথারোন্দুম—থাগৎ-লোন। সনাপুয়ানা—নিংথৌরোন্নচিংবা লাইরিক্কা। মিংজগ্নবননি—মিং য়াওবননি। ঈকায়রক—ঈশিং কায়রকপা। থক্কায়নবগুম—ঈথক থক্কা কায়নবগুম। শাগোম্নবা—হকচাং কোম্নবা। লালোয়নবা—লালগী লান্দা ভাইবা। ওইয়াম্না—ওই ওইনা য়ানবা। কমথী—থাংগী মিং। ফিমুনবা—ফিমু পেৎপা। খপকুপ-নোংথাং-খোঙলোয়নবা খোঙ্কুং নেম-ফুইননা—মখোঙ কুংনা নেম্না ফুইনা খপ-কুপ কুপ্পা নোংথাং চেনবা। নিংথৌ ফিরোয়নবী—নিংথৌ পোৎলোই শেৎপী। য়াঙ্গোয় শয়াং নেৎ —শগোল তোংথনা। লাঞ্জাবা লাল চাবা। শঙজল্লে—ফাজিল্লে। শাজুম্বা—শাথীনা চুম্বা। লানচুম্বা—লাস্থিন পানবা। পূমদারায—পূমদানবা। ঈহৈনা—ঈশিং অশেংবা হৈত্থনা। লাইথেমজো—লাচ্চো। লংহিং থাংবা—সংহিং থাংবা বামন। তিনকোক লহৈকোক্লোই—অনাবা ফরোই। পাকন্স মরী শীনবনা—পূক সূবনা। পাকনবা—পরিং লাংশিং থাবা। লাঙ্গোনবা—য়োকপা। শায়োনবা—শায়োন তোবা। শকয়াম্বা —শক মরোল য়াম্বা।

---

# খোংনাং হোগায়বী

মিতৱ্মৈ—মমি লাক্লৈ। কৃবিখি—পীনখি। পোইরৈ—মওং। এ ৱাংপা—ইশা নীংবা। ঐচম্লিংঙাইনি--নাপল কায়নিংঙাই ওই। ৱাৱকলোন—ৱারক-লাইরিক।

১

খূমন-চীংখোং—নিংথৌ শাগৈ। লানঙম-মায়োক—লাল ঙম্বগী খূদোন। কুম্লোয়নবা—মতমগী ওইবা। লোয়ৌন্নি—থৌগলনি। লৈমিতম—লৈশক তমহুনা। নাইকোম্নুংদা—মীনাই কোন্দা। পীবৃক্লুংগী চাদা শা—মচা পোকপা শা। পানাইদবা—মপা লৈতবা। কুম্বানলাংবা—মতম মপাল চাবা। শাম্নরোয়—শাম্নমিন্নবা মরূপ। মৈন্দহুম —ফম্বালদহুম। ফম্বৈনা—ফম্বৈ ফমহুনা। খোয়দারোয়—নুংশিজবা মরূপ। নুংহাগনু—পূক্নীং হাগনু। নুংখম্না—নুংদা লোই। শরীরি—ৱাশক্লি। কোরৌ মাগী কাপথরাং নোংদোন মাগী হুম্বরাং—নোংমৈ শীংজং। মিতম্লিবা—মরূ হুল্লিবা। নিংথৌ-লীক্লাং লীকখোম—অরোইবা নিংথৌ। চেংলৌ শকরাং লম্লবা—মশক থীরম্লবা। লৈচু পাল্লমদ্রবা —লৈচু ফজন্নমদ্রবা। চীংদারমগদ্রা—চীংদা তারমগদ্রা।

২

চীংওঙনা—চীংদা লৈহুনা। নারোই-নাখম্নবা—নারক্তা লোইবা, নারক্তা খম্বা। পিনথৈ—পি নপুনা থেম্নৈ। শক্তাম্নক্লে—শক কাউশিল্লক্লে। পিদাম্নক্লে—কপ্পা তামশিল্লক্লে। নোঙ্গাথ্রে—শিথ্রে। নিংথৌপম্না—নিংথৌগী পম্না। কোরৌ মশীং য়াম্না উরবশিংনা—অহল ওইবাশিংনা। চীংবুরোই—চীংগী লোইকম। সনা ঈ—নিংথৌ মচা। মীনাই

ঈ—মীনাই মচা। চীঙ্গোইনা—চীং কোইহুনা। নীংশীংনা—নীংশীংহুনা লৈরাল—লৈ অতোপ্পা। লৈবোযনখিদ্রে—লৈগা মরূপ ওইখিদ্রে। তুস্থক—হাওখূল অম। নমঙানা—মনমগন্না ভাহুনা। মৈখমুরে—মৈশা লাংনা লোইনবে শীঙ্গং ময়ালাং—শীজং মযা চা। উরাং—মউ। থাগোম্নকুংনা—মথাদা কোল্লুবনা। শীংজং যাতম ওই—শী জংগী যানথাই ওই। লানশীংনা—লানশীংনহুনা।

---

## অম্রোগী মৈ

লায়বোল—লাই মতমগী য়াবী। ইউরা—ইরুখো চীংখো নিংথৌগী ঈ থৌগাই—থৌদাং শীংহুল—শী হুনবা মৈহুন—মৈহুম্বা মৈ শং—মৈ অশে বা। নোংদা—নোংদগী লাকপা। লাইবেল—নিংথৌবেল। পাখঙবা—মপা খঙবা, পাখঙদা হওহ ওইবা। ফম্বাল মৈ—ফম্বাল তোংবদা হৌবা মৈ। ফ্রুকপ শাগে। খুনগুম-খুম্মোক্লকখি—অরাংবদগী, অনেম্বদা লাকখি। ঈতিন্নদবগী—ঈ তোভান্নবদগী। খোঙ্গেং—লাল। কবোং-খুংকুম্নবনা—লম্মন খুম্নবনা। লেপত্রে হাই—শগাইদৌনা হাইবা। লৈতা মুংদানা—ঈংনা। ঈরাল—ঈ অতোপ্পা। ঈরোন ঈতিন্নবা—চাবৌ-মোরোনবা। মৈত্রবাক—মৈতৈ লৈবাক। ঈঙৌ—ঈশিং অঙৌবা। থাগোম্না—মথাদা কোনহুনা। মরা তা—ঈংবা। নোংমনোং—নোংম-নোংমগী। য়াইফবমদা

—য়াইকবা মরমদা। রাকোন্নবা—রারমগা কোন্নবা। যুমদিল—যুম তিন্নবা। যাইক-মৈ—য়াইক-পীনবা মৈ। লৈশেম—লৈবাক শেম্বা। মীথাঙ—মীমথাঙ। নীংজমল—নীংজবা মমল। মৈশেল—মৈ শেনবা। শায়োন—থওনবা শক্তম। থোইথোইবা—অথোইবা। শেলোই—নোংমাইজিং। মৈপাল—মৈ মপাল। তোরৈবা—তোরৈ মতুংইন্না চৎতুনা। হপাচা—ঈহী। নয়ু—নপু। থাম্বী—মৈ। মৈ বি—মৈ অরিবা। থুথা—থুৎনা থাবা। মখরাই—মম্বা মতম। তাউনরাই—লাংবা মতম। শুংশাইবা—মশু তাইশিনবা। লৈরু—লৈবাক মরু। চুপমাবা—চুপ ফাবা। ঈরাল—ঈ অতোপ্পা। কোন্না—কোন্দুনা। হাইজাউ-হাইনা চাউনা। পারাল—মাঁপা। পাশাম্বা—ইপা ওইনবা। পেল্লাল—মাবেল। পেন্সাবা—ইবেল ওইনবা। লৈতানিংঙাইনি—কায়নিংঙাইনি। নিংসানগনি—অরাবা নিংসা হোন্দুনা লেন্নগনি।

১

নোংবাল—অঙোম। মুংবাল—লুরাং। চক্রম—চক মরম। চীংলু-রায়রা—লৈখোক লৈশেন। ঙানরশ্মি—লাম্থেংনরমই। হাঁসাই-নাই-সাহনরাম্মি—থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌরাম্মি। লাহরমচৎনা—লইগী লীচৎ-না। মারম—মীগী লম। হীবা কোন—রাখল তৌবা। সেম্নরম—সেম্নবা মরম। অঙৌপানবা—অঙোম নিংথৌ। লুখায়—ভন্থাই। মমিং নাবশু—মুংশিদবশু। থূমানবা—হৌনবা। কাম্বী—নাচোংথা। চাকহোঙনহুনা—চাকচা হৈজামিন্নহুনা। ঈরৎতুনা—ঈশিং থিংহুনা। ঙানৈরাম্মি—ঙা ফারাম্মি। রাশা—রারক শাজে। অতানবা—অফাবা।

লুতোন কানরে—খম থেংলে। ভামি তম্নরসি—ভাচীগ্নাক ওইনরসি। ভাত্তানবা—ভা কাবা। মমায় কিন্নক খুম—মমায় খুনা। নোক্রেম—কয়েম কথায়নবা মনোক। থাঙলোম্নি—থাঙ্গী মরোল। খোয়দৌরানি—খোয়দো কানবা রানি। নাপম্নরবা—নাপন তৌরবা। হস্থনা—তপথনা।

২

য়াইবুং—অথোইবা পুং। হাক্নি—পানবা মতম্নি। পায়মা লুংহৌ কাঙমদা—পুক্নীং হয়াউবা কাঙমদা। তিমেল—অতুম্বা। তাপাক—অপাকপা। তাখীংনা—তা খীংনা। লালভাইহ্নুনা—লাল ভাইহ্নুনা। লাপ য়াল—লাপ্না শোক্নবা লাল। লালথাঙ্গনি—লাল থাঙহুনা লৈনি। লাম্হিংবা—লাল থিংবা। নোংদম্নরবা—নোংখোং মানবা। শারম—শাগী লীচৎ। থাক্নাখরে—থাক হাপকৎখ্রে। লাম্নক—লাল মরক। লাম্হেংনরি—লানশোক্নরি। চেৎপায়না—চৎনা পায়হুনা। থকওন্না—থক থক ওন্দুনা। লৈকুপ্না—লৈনা লৈনা কুপতুনা। লালোয়—লালগী মী। থক্নম—থক নম্বা। থকঈম্নরক্লে—থক ঈনশিন্নক্লে। নমগা—নমগনগা। লৈগা—লৈপাক্না। নমক্কানা—নমহুনা কানা। মোনখাঙনা—মোন খাঙহুনা। লৈদা—লৈপাক্তা। ফীয়াল মমায় চুম্বনা—ময়াইবক লৈবনা। লোইবী—চীং। পলোল—পল মরোল।

৩

মীচম—মী অচম্বা। লমওঙনবা—লমদা ওঙবা। নোংপোকমায়পৈওঙবা—নোংপোক মায়পৈ ভাবা। লৈওঙ লৈভানা—লৈপাক্নী

মওং মতানা। পীবৃকমুংবা—মবৃক্তা। নোংলেনবগী—নোং মপীগী। ঈপাল লোক্রবা—ঈশিং চারবা। কুমগাইনা—ঋতুনা। থৌগাই—মথৌ। ঈমল—ঈ মমল। মুংজেংলুগনু—ব্রারুগনু। মবৃক্লীং মুংশিখিগনি—মুংভাইখিরোই।

৪

মমোয়্রেল—মচামুপী। খোংলোয়—লোয়নবা মী। মিংব্রাইনা—মিং লৌহুনা। অচওবা—অফবা। ঈথেংনা—ঈ শং থেংনহুনা। ঈব্রান্না—ঈশিং লান্দুনা। কুম্লাং—চহী। চহী কুম্লল—চহী মরোল। খোঙথেংনা—খোঙনা চৎহুনা। ওষ্ঠনরয়—ওষ্ঠনা হৌবা। অশৈবা—ঈশৈ শকপা। চৈজিংবসিনা—পেনা খোঙবশিংনা। তেংথানৈ—শক্লি। পোইরৈতোনগী খুন্থোক লা—পোইরৈতোন না খুন্থোরকপদা থাবা লা। পোংনাউতাগী খুন্থি-লা—পোংনাউতানা খুন্থিরকপা লা। খুন্থোক রাবী—খুন্থোরকপগী রাবী। পিরোযনবা—পিগা কোন্নবা। লৈতম—লৈ মতম। লৈকেনখি—লৈ কেনখিহুনা। পাবৃক—মপা ওইবা মবৃক। পীবৃক—মমা ওইবা মবৃক। য়াংদৌ—লম্বী। লম্মুক্রা—লম্বী মাঙহুনা। চীংখোং—পোইরৈতোন। শমজি থাই—কায়নহুনা। থংলেন—মপুরোইবা। মশানৌ—মনাউ মুপী। তালোই-মুপী। হিংমাংনখি—হিংনা কায়নখি। তাইবং ওষ্ঠবা—মীওইবা। মালং তাবা—পোকপা। নোংদা—নোংদগী তারকপা। অরাং ফাংলৌ লাইমকোল—অরাংদা লৈবা নীংথিবা লাইগী মরোল। মীর-নমু পোংথোক্রম—মী পোং থোক্রকম। হনজিং—চীংগী মিং। চীংমৈ—চীং মমৈ। লিলব্রাই

ঈরিল তুরেল। তোরৈনা—তোরৈ মতুং ইন্না। খুনকূম্লক্লে—খুন কূম্লক্লে। মালং নোংলম—নোংথক নোংখা। মীপোম, মীথক—মীগী তাংথক। চীংলম—চীংগী লম। থাঙরায়-মৈচুনা—লান তৌহুনা মৈথাহুনা। লোইগা নাইগা—লানফাগা মীনাইগা। পাক্তক্লা—পাক্লা তক্কুনা। লৈরিক লৈরাক থন্না—মশীং নাইদনা। মীহৌ—মী হৌরকপা। লাইরম মঙদারিডৈঙেদা—লাই নীংলিডৈঙেদা। ঈথি-ঈতান্নবা—ঈ থিবা ঈ তানবা। ইচুমা—মমান্নবদা কৌনবা অকৃবা মিংগৌ। লমথোইনবা—লক্কোনবা। থাঙরায়-তারায়নবা—লান্থেংনবা। চরৈ ফি। মৃক্লা লংকাই চন—মৃক্লা ফিপায়নহুনা। পূনচোংনা—পূমচোং চোংনা। ঈহৈনবহু—ঈশিং হৈগে হৈবগুন। ঈরিক—ঈ মরিক।

---